# ঙসিদি লাক্লে

( ৱাৰীগচা হৰগী পুন্সিন্‌বা )

ডঃ চিত্রেশ্বর শর্ম্মা।

কচ্চরি !

ইবা পাবা,
হৈনীং হৈনীং হৈহোদ্রবা,
তম্নীং তম্নীং তমহোদ্রবা,
মীমাম্ন' ঙমহৌদ্রবা,
পিদোলাহোর'লক্কগী
ৱারী মতেক্ ৱরসি,
লাম্লোক্চরি।

চিত্রেশ্বর

---

ৱারী মচা ৱরসি ফোঙদোক্লবগীদমক মনিপুরগী মহৈ মশিনগী
লোয়শংন শেলগী মতেং ৱরা পিবিরক্কই।

# হায়জনিংব খরদং

হৌজিকসিদা লাইবিক্ পুথোক্পা ( ইবা ১স্নুং ফোঙদোকপা ) হায়বসিমক্ থম্থরুরবদি থোইদোক্ত ইকায়নীংঙাই ওইববনি। ঐদি "লাইবিক্" হায়বসিমক তকহায় হায়জনীংদে। লাইরিক হায়বা বাহৈসিনা ঐখোয়দা খঙহল্লিবা পোংশক অসিবু ঐনা য়ায় শেংন, লুনা থমজকব ১স্নুং খঞ্জকবদগী। ঐনা খঙ্গে, হৌজিক্তা ঐখোয়গাইদা পুথোক্লরিবা—বারেং, শৈরেং, বারিমচা ১স্নুং মপুংফাবা বাবী ( নোভেল ) নচিংব; অদুগা স্কুল, কলেজ, ১দি অপিকপা অঙাংশিংগীদমক্তনি হায়দুনা ফোঙদোক্লবিবশিং অসিগী মতীক মযাই ১স্নুং মখোয়গী থবায় ওইবিবা মচাকশিংসি খবদং কুপথনা য়েংশিন্নবদি মখোয়সিদা ( ঐগী ওইনা ) য়ায় শেংলবা বাহৈ—"লাইবিক্" হায়বসি শিজিন্নকন্ থোকলোই খঙ্গে। মাইকৈসিদা চংলগা য়েংলবদি চজিক হজিক্তী ওইনা ( ঐগীস্নু মীগীস্নু ) মাঙদা তাবিবা বাবী-বারেং ১স্নুং শৈরেংনচিংবসি মশক তাকপা মতমদা লাই-বিকনি হায়জববস্নু য়াফম থোক্তে, মবমদি মখোয়দা লাইরিক অমা ওইবগী মতিক ময়াই য়াওনদ্রে। লাইবিক্তি ললোনপোংক য়ায়নক খৈন্নে, অদুবু হৌজিক মতমদদি ললোলপোং হায়বদু লাইবিকপুস্নু ওইনবে।

লৈবাক অমদা হেন্দোক্ত না লৈকাই অমদা খেন্নবা লাইরিক তন্নবে। 'অ' না "অলু" হায়না 'অ' গী মশক তাকপা লাইরিক তম অঙাং অমগা 'অ' না "অঙাং" হায়না মশক তাকপা লাইবিক তম অঙা' অমগা পুন্ন লাইবিক ঔবাইমিন্নবদা— '"অ" মশক পঙবদি লাইবদুনা খুংথোক্ত থংনবে। কবম্বনা চুমগনি কনানস্নু য়েংশিন্দে। অসিতা নত্তে বনান্গী ১স্নুং প্রেগকি অশোয়বা মশিং লাকঙমদনা লৈবি।

অসিগুম মতমসিদা ঐগুম খন্ননা লাইবিক-কি অশেঙবা মমিংসি বাইরুগী বারেং-শৈরেং পংফোঙদা ফোঙদোক্লবিবা অসিমক অঙাওবনী। নত্রগা বাখল য়াওদবনী হায়না লোকম থোক্লবনী খঙ্গে। মসি অখঙ অহৈশিংন নৈনবদস্নু স্নুংঙাইবব মচাক ঙাক্ত ওইববনি। হৌজিক পাবিনবা মীশিংদগী ইবিনবা মীশিংন হেনগৎলক্লব্রা হায়না চিংনবা য়াওনবে। অদুবু অশুক য়ায় কোঙনবিবা ইনরিবা লাইরিকশিংসি মথক্ত হায়জখিবদুনী অমম্বদা লৈবি। অদুবু পুন্নমকসি খঙনা খঙনা ( ঐ ইশামকস্নু ) অঙাওবা ১স্নুং ঐকাযনিংঙায় ওইববা থবক অসি অস্নুমক চংবি। ঙসি ইশাগী ইবাল ইশানা কাওথোকচদুনা বাবী মচা থবগী অপুনবা থরসি ময়ামগী মাংদ লাপ্থোকচবি। মতাংসিদা নীংশিংজনীং-বদি মীনা পাবিগে পাবিস্নু, পাবিদ্রবস্নু কায়দে, ফোঙদোক্লগা লোইরে হায়বা কাংবু অমস্নু থোক্লক্লি। মসিবু অঙাওবা মশিং হেনগৎলকপনি হায়না অদুম খন্দোকপিয়ু। অদুগা কতিসিজমদা শক মায় য়েংব কয়াস্নু পোক্লক্লে হায়বসিস্নু কাওবিগনু। ঐগীসিদি মওং তাবা তাদবগী বা, ফজবা খিবগী বাখল থোইনা খনবিরুনু। মসিদা ময়ায় ঐবু ঙাকপিগনী।

অইবা

# য়াওফম তাক্পা

# মমি

ইম্ফাল সহরনা চাওখৎলকপদা প্রেমলাল ভাট্টাচার্য্যগীসু অচৌবা শরুক য়াওই। ৱাফম অসিনা প্রেমলালগী মাযথোংদ ম্নাগী মশেক মঙাল ফাওররে। অচুম্ববুদি কনান হায়বা ঙমগনি, অচম্ব প্রজানদি প্রেমলাল, ইম্ফালগী অচৌবা ললোনবা দুকান্দার অমনী হায়বতা মথঙনবনি। মাগী দুকান্দ অরু অহেন অতুগা চান থরুবনচিংবগী পোৎ খুদিঙ মরাং কায়না পৈতুনা লৈ। চৎলুবা মী অমতনা মাগী দুকান্দগী নিঙবা কায়না হনখিবা য়াওদে। অদুম ওইনমক মাগী শেলতনা চীংমুক ৱাংন পৈথৎলক্লিবা অসি মণিপুর প্রজাগী ঈ খুজোক কয়া য়াওখ্রবনি। প্রেমলালবু থাজব, অতুগা মাগা মরি লৈনবা মীশিংন মুংশিবগী খোইহী চেনবা বাংহ কয়া হায়জখ্রবসু মন্নুংগী ৱাফম অদু খঙনবগী অপিকপা লম্বী অমদি হন্দক্ত খঙলে। মণিপুরগী শাসন পায়বা মীশক কয়াগা অরোনবা মরি কয়া লৈনরবসু ৱাফম অসিমদি প্রেমলালনা চেনবা য়ারোইদবা শাক্তি লৈ।

হন্দক মবক প্রেমলালগী দুকান্দ মরম্ ইচা চাদনা ইনখৎলক্লিবী মুপী অমা তোয়না উবা ফংলে। মহাকসি মতম খরগী মমাংদ ইম্ফালগী মচি অমদা মশাগী মরি মতা অমগী যুমদা লাইরিক তমদুনা লৈরম্মী। মতমদুদা মশাগী হৌরকফমগা মরি লৈনবা ফিজেৎন লৈতেংসম্মী। খ্বাংদ শাবা, ফিবাল মরক মরক্ত মাগী জাতিগী য়েলহৌঙৈগী মমিতারিবা মচু কয়াগী লৈরোং হৎলবা ফীতনা মুখ্বাংদ শেংলম্মী। মতমদুদা উঙৌবা মীশিংন মুপী মচা অসিবু ইরাই লাইনা হায়বা ঙমগনি—মহাকসি মণিপুরগী খা নোংচুপ চিদায়গী মীতানি। নত্রগা মার অৱগা মিজৌ নিঙোল্ ওইরম্গনী হায়না। অদুগুম্বা ইনখৎলক্পগী নীংথিজবা পুম্নমক মশাদা ৱাত্তন লোইনরবী মুপী অদো ঙসিদি মহৌশাগুম্ লাইরিক নাকুন্দ য়েপতুনা পাওনা বাজারগী লম্বীদা চৎখিদ্রে। মফম অসিদা লৈরিবা স্কুল অসিদসু মহাকী মমিং লৈত্রে।

অদুগা য়াম্না নুংঙাইরিবদি খুবোম চাওতক তৌবী চীংলমগী নিঙোল্ অদুগী অঙৌবা খুবোম অদু ঙ'সি উবা ফংদ্রে। চাওখৎলকপগী ঈথক্তা তাওখিংনা মীরৈবাক্কী সাবীনা বুপদ্রে। পোকপদগী চৎনরক্ত্রবা মশাগী হৌরকফম্গা চুনখিদ্রবা ; চিম্বালদা লিপসটিক্ক ঙাংদ্রে। মিৎত কাজল, পিশুমদা আইব্রো পেন্সিলগী অমুবা মমি নীংথিনা তাদ্রে। নিঙোল্গী ইনখৎলক্লিবা হকচাংদ নীংঙমদনা কারক্লিবা ঈথকপু অনৌব ফিজোলগী অপাবা টেরলিন নায়লোনগী মতেংন হকচাংগী ফজরবা কুচু উৎলিবদু উকবা মীপুম খুদোংগী মিৎ থক্তবা ঙমখিদ্রে। অওনবা শক্তম অসিদা ঙহাক ঙকলুববসু নুপী মচা অসিবু মিৎকুপ্পনা য়েং-লবদি শোইদনা খঙবা ঙমগনী, মহাকসি বাঙ্গালী, হিন্দুস্টানী নত্রগা পঞ্জাবী-সিন্ধী জাতীগী শকহেনবী নিঙোল্শিংগ করিগুম্বদসু নকশিন্নবা য়াদে। মাগী মহৌশাগী ওইবা মিৎফম অমদি নাতোন্, ফনা শেমদুনসু তুমখৎলু অদুগা লাওথোক্লকউ য়ারয়োইদবনী। অংবু রাখল অসিদি নিঙোল অসিগী থোপ্ত চংখিদবনরা মশাগী অনৌবা ধর্ম্ম অদুদা থরাই হকচাং লুপশিনদ্রে হায়বা ইরায লাইনা খঙবা ঙম্মী।

নুমিদাং পুং ৯ থরা হেল্লকপদা প্রেমলালগী দুকান্দবু পোৎলৈব চঙলুরবদি নুপী মচা অসি ইরায় লাইনা উনবা ফংগনী। করিগুম্ব নুমিত্ত প্রেমলালগী দুকান্ন মী থরা রাৎলবদি নুপীসিনা প্রেমলালগী মহুৎশিনবা থবক পুই। থরগা কুপশিন্ন য়েংব মিৎয়েংদ খঙবা ঙম্লিবদি নুপী অসি কনাসু নত্তে প্রেমলালগী য়েৎ থংব পাম্বোম্নী হায়বা অসিনী। মহাক অসি চৎন-থোক্ল লৈবা প্রেমলালগী থাইদগী নক্লবা ইমুং মনুঙনী হায়বসিমসু চিপ্তবা য়াদে।

চুরাচান্দপুরদগী হায়গৎলকপা কস গাড়িদা করিগুম্ব শকহেল্লবী নুপী অসিনা তোংলক্লগা পার্কিংদ কুমথরবা মতুংদদি মুন্না য়েংবিয় মহাক মহৌশাগুম মরি মত৷গী যুমদা চৎলরোই প্রেমলালগী দুকান্দ নত্তনা। লোইনরক্লমগনি রিক্সা অমা থম্ব মপোৎ অদুগা মাগী থাদোকপা য়াত্রকা মখুৎদাংগী অরংব বেক লৌমসু। করিগুম্ব কর্ষম অফিসর্কি

মী অমনা মাগী পোৎশিং অদু ইনকারী তৌদুনা য়েংলম্লগদি খঙবা ঙম্লমগনি মনুঙদা করি কয়ি য়াওরম্বগে হায়বদো। অদুবু মদু য়েং-হৌদ্রবনিনা প্রেমলালগী লংখৎলক্লিঙায় ওইরিবা হিরা মনি মুক্তা অদু ডুকান্দ অসিগী গুদামদা লৈপ্রে।

প্রেমলাল ভট্টাচার্য্যগী মশা পারবা পুজারী অত্তনা হায়বদি কলিকতা সহরদা প্রেমলালগী ইমুঙ মনুঙগীসু অচোৎবা কয়বার তৌরী। করিগুম্ব মরক মরক্ত অহল লমন, মরি মতাংনা মখোয়গী ইম্ফালগী ডুকানবু য়াম্ন চেকশিন্ন খল্লী। মরম অসিদগী প্রেমলালনা ফনম্ক মশাগী ঙাতিপ চেন্থবা লমচৎ চৎলবসু কারবার অসি মুত্তনবা হোৎনবসিনা অথোইবনী হায়না খল্লী। অহল লমনগী খুদোংথিবা লৈতবনিনা প্রেমলালনসু মনিঙ তৌজবদা কয়িসু চিংনিঙায় লৈতে। অদুবু হায়বা ঙমদে নিঙোল অদুগী লাইবক লেপ্লদি !!!

---

অমা

# ঈথ্রাবা

নোংজুথাগী থাবল মুশি মুশিবা অহিং অত্তুদা ঐহাক ইথস্ত মুমলোমদা চৎলি। খ্বাইরম্মন কৈথেন্দগী ময়ুম গয়ুমদা হংরবপী পোৎকম ফম্বী মুপী খরস্থ পূল্লপ্‌ পূল্লপ্‌ চৎনরম্মী। খুদাংগী ঘড়ীদা পুং কয়া তাররগে হায়দুনা শেংকাত্তবা থাবল মঙাল অত্তুদা য়েংলুববু পুং ১১ রোম তারয়ে। নোংচুপ থংব অতিয়ারোমদা ইঙাগী মথৌনা মরিংজেল খারবা নোং ফুরুপ অমস্থ মুংশিৎকী মমাং থাত্তুনা পাইখৎলক্লি। অমগা অমগা নাপল কাবা তাম্লরিবা নোংচুমশিংগী মরক্ত নোংথাংন লৈজবী থাদুনা জগোয় শারকই। মঙাল অত্তু উরুবদা থমোয়দা মথোং খঙদবা মুংশাথিবা অমা পোকই। লোইননা নোংগৈ অত্তু মিকুপ খরগী মতুংদদি ঐখোয়না লৈরিবা মফম অসিদস্থ য়োশিল্লক্কনী, অত্তুগা মাগী শাফু কল্লবা নোংলি অত্তুনা লৈমায়দা হৈথরক্কনী হায়বা ইরায় লাইনা খঙবা ঙম্মী।

ঐহাক নোং য়োরকত্রিঙৈদা য়ুম য়োহৌদবা য়াদে খন্দুনা খোংথাং খরা কম্না থাংল্লী। ঐগী তুংদগী মুপী কাংবু অমস্থ মখোয়না থোক-পা কয়া মগোং মরম খঙদবা রাম্নী পংশাদা শারদুনা চৎনরী। মকোক্ত ঙাগী লুবাক অচৌব অমমম্‌ কোকথোংনবত্তুনা মখোয়দি নোংগী রাখল থোইনা তৌবা মান্দে। মশা মশাগী রাম্নীদা রাখল চংব মাল্লী। মাংদ মুরি মুরিবা মীগী মওংদি মানবা অমা অনিস্থ উবা ফংই। খরা থাপ্পনা মশক লাকশিনবদা খুদোং চাদে। তাঞ্জা অসিদা শিথ-রকপগী মপুং ফাদবা থাজ অত্তুস্থ অথাবা নোংচুম খরগী মরুমদা চঙশিনখরে। ঐগী খোংথাংদি লেপ্তবনিন মাংলোমদা চৎলম্নিবা মী খরত্তুগী মনাক নকৃশিল্লম্মী। নকশিগ্নরবদা খঙলে মুপী অমগা মুপা অমগনী চৎলম্নিবত্তু। মখোয় অনি হায় করি করি রাম্নী শংম্নরম্মনো

মতুদি তাহৌত্রে। অতুগা মখোয় করিগুম্ব য়ারী খরদি ঐনা তাদ্রিবগী মমাংদ শানখ্রে হায়বসি মখোয়গী মতৌদগী খঙবা ঙম্মী। মুপী অতুনা মখোয়নিগী চত্থরক্লিবা য়ারীগী মখা তাথরকপা ওইনা মুপা অতুদা হায়রি— "...ফরে, চুরুপতুম্ অমতা থকসি।" মুপাতুসু হোয় মায় হায়দনা মাগী ফুরিৎখাওদগী চুকপ লোথোক্লগা মুপী অতুদা পি। মতুদা মুপী অতুনা অমুক হায়রকই— "মৈ চাকপিরকউ, মচৈত্তুমা লোইনবকা থকচবা ঙমগদবী নত্তেদা। মিন অসি মনুং মুংঙাইতে হায়দুনা তৌবনী।"

মুপা অতুসু— "ফরে ফরে অতুদি ঐ চৎক্লগে" হায়তুনা অমুক মাগী ফুরিৎখাওদগী মৈখেৎ লোথোক্লগা মাগী চুরুপ অতু চমখৎখ্রে। মুপা অতুগী মৈখেৎকী মৈঙাল অতুদা ঐহাক য়াম্ন চেকশিন্ন মখোয় অনিগী মশক খঙবা ঙমহৌত্র য়েংলম্মী। অতুবু অয়াবদি মখোং লুক্তবা মুংশিং অমনা চিঙৈ হুমজিলকুনা মৈখেংকা মৈ অতু মুথৎখি। ও। ঐগী নিঙব কায়খ্রে ঐনা মখোয় অনিবু অতুক মুন্ন খঙনীংলুবগী মরম্ কনাগুম্বনা ঐঙোন্দ হংলক্লবদি ঐ করিসু খুম্ব ঙমদবা য়াই। অতুবু অসিগুম্ব মতম, অসিগুম্ব অহিং, অসিগুম্ব পুংঙাদা মুপা অমগা মুপী অমগা য়াম্ন চিকথনতুনা চৎমিংরম্ব থেংনরবদি মীপুম খুদিংমক মীকুপ নাহুম শেন্নবা তোক্লম্লোই হায়নিংঙী।

মুপা অতুনা অনিরক শুবা খেংপ মৈখেং অতুগী মৈ অতুদি মখুৎন মুংশিং খনখিতুনা মুংপ ঙমদ্রে। মাগী চুরুপ চমখ্রে, থকখ্রে। অতুবু ঐনা ঙশাইমখৈ শেন্নরিব মীকুপ অতুদি তখায় অমা অরেম্বদ তারে। মুপী অতুগী মশক খঙবা ঙমহৌদ্রে মুপা অতুগী মখুৎন মৈ খঞ্জিনখিতুনা মুপী অতুদদি মৈঙাল য়েংখিদ্রে। অতুগা মুপা অতুমদি হায়ফেৎ উহৌবতু ময়েক শেংদ্রবসু চাওরাকপা অমদি মাগী মশক লাকশিনবা ঙম্লগদ্রা নীংলে!

ঐহাক য়াম্ন থম্মোয় শোন্থরে। ইশাগী শ্বর ফাওব কন্ন হোন্দ্রে। খোঙপাং খুদিংগী খোংউপ মখোন্ মখোয়নিনা তাখিদনবা হোৎনরে।

অতুগা য়ারিমখৈ মখোয়নিন্না ঙাংনবা য়া তাহোনবা হায়বসিংদি থাখ নত্রি। মখোয় অনিস্তু করিগুম্ব অমত্তা নাচুংবীবা তৌদনা য়াম্ন চীং-লেম্ন চৎলি। খোঙথাং খরগী মতুংদ নুপা অঙনা চুরূপ্ অহু নুপী অতুদা অমুক পিথ্রে! থংনবা নিকুপ্ অতুদা যা দ মী অমথক ঐখোয়ন চংলিব লম্বী অদোমদ মায়োক্নন লাক্লে। অতুগা পওথাপ থাপ্তুনা লমলোং অহুম কাংব ২কম (মোইরাংখোম) লৈরে। মাংওইনন, লাক্লিবা মী অতুনা য়ৌশিল্লকত্রিখৈঙদ, নংহোয়রোয় হায়বগী মতাগুম্ব নুপী অঙনা চুরূপ্ অহু অমুক অনিরক্তং থংচিং চিংলুম্নগা মনাক্ত চৎমিন্নরিবা নুপা অতুদা শোন্থাংননা হায়খি—"হোরেল মনিংলোমদ চঙলকউ, ঐ তাঙ্গা য় লগা থোঙ হাংদোক্লকে।" নুপা অহু নুপী অতুগী য়াহৈনা হেক লোয়বগা মহাক অমুক মাংলোমদা মখোঙ থাংদ্রে। মকম্ অঙদা লেপ্তুন লৈহোরে। নুপী অতুসু মাগী চুরূপ্ অহু অমুক্তং থমোয় ম্নোন চিংশিল্লগ লম্বীগী নাকন্দ লংথোক্খ্রে। ভুংলোমদ হম্ন ফাওব য়েংলমদনা খোঙথাং হায়গৎতুন চৎখ্রে।

ঐস্তু মতাং অসিদ ঐগী খোঙথাং লেপলুরবদি মখোয়ন চিংনখিব য়াই থন্দুনা মাংলোমদা অতুম চৎলে। নুপাতুগা ঐগা লেংথৈনবদা ঐবু তথক্ তথক্ল য়েংহৌই।

অমুক মাংদ চৎখ্রিবা নুপী অতুগা অতোপ্প নুপা অমতুগা মায়োক্নন লেপ্লতুনা লৈরম্মী! ঐনা চংশিনখিবদা নুপীতুনা অস্তুম্ন হায়বা তায়—"ঙসিদি তাঙ্গা অমা চাখ্রিদ্রে, ইবেচাখোয়—ইনম্‌তোনখোয়স্তু অমতা থেংনদ্রে। ইপাং অমতা য়াওদদনা কয়া কিনা কিনা লাক্অবা। মখোয় পাবুংন ওকৃপিরমদ্রবদি কয়া জুগোৎ চারম্মোইদোবনী। মাগী ইবেচা হাইবীদো থঙ্গনী হয়েংদি....।" নুপী অতুগী মনাক্ত লেপ্লিব নুপা 'অমুক হায়রকই—"নোংচিং তৌদৌরী অতুপা নপাং লৈত্রে হায়রবদি থয়া ঙম্ন কোক্ কুম্লকপা য়াদ্রাও? শুমিংসি কয়া থেংদ্রে?"

—"পোৎ ইশিং শিত্তবতুদা ঙহাক কমথরুরে। মহোইনা ঙাই-বিরমগদ্র থন্দুনা থৌশারুদবনি।" নুপী অতুনা থুম্লকই। মতুগী মতুংতাবদি মখোয় য়া অমতা ঙাংনখ্রিদ্রে।

---

অনি

# তারিখ

চরা হেনবসি ফনা ফক্তনা হৈনরে। হৈনিঙ্ত্রুনা তমলুবদি নত্তে। মশানা মথন্ত ওইকঞ্জরকপনি। ফৌ শংবায়দা লুপা ৬ পিরিঙৈদদি রাখল অসি থোইনা থম্ররমদে, অত্তবু হৌজিক্তি শংবাইদা লুপা ৩০ দা অস্থম লৈশিল্লক্লবনিনা লৈজদবা ঐথোয়দি মশানা চরা হেনবসি হৈনরকপনি। চাবব ফংলক্ত্রবদি অয়াম্বনা অফঙবা অমা হেক্ত চাবসি হৌনশানী। চেং ফংদিঙৈদগী য়ামগী তল্না থরা অমুক মতম লেল্লে। য়াম্ অংস্থ অমুক্ক ফঙনিঙাই লৈরক্ত্রবদি চরা হেল্লোয়দবগী মরম করি লৈরি? মসিবু থোওইনা তমলুবগী রাকম ওইগদ্রা?

নুমিৎ নিনী চরা হেল্লক্লব মতুংদ বীধুনা ঙসি চাকলুক মপান্দ ফমজবা ফংলে। চাক চান্দ্রিঙৈগী মমাংদ মহাক্কি মচা অনিনা চাক চখোম চাওনা চাওনা হুক্লিবত্রু য়েংলগা মশাগী অবাম্বত্রু থরদং কোক্খিবগুম থল্লী। নুংঙাইজে, মায়থোঙত্র মোম্লোন নৌকচৈ। মিকুপ অত্রুগীদমক্তি মুথীনা মপুরোইবগী মফমদা নুংঙাইবতা কোংদোকপ্রবস্থ থনেবা মিকুপ্তুদি মপুরোইবগী অরাবত্তু নীংশিংদবা ঙমদে। বীধুনা চাবা থকপা লোইশিল্লক্কদোরবা উরত্রুনা মুথীনা ফৌ বোরা অমা পোরকখিবত্তুগী রারী রাখোঙ থিগৎলকই।

বীধুস্থ মুথীগী মফমদা মহাক্ক কমদৌন ফৌ অসি ফংলক্লিবনো হায়বত্তুগী শম্লপ্প রারী অত্রু লিথরকই।

মসিগী মমাংদ বীধুনা মাগী ঙমজবা শক্তিমথৈ শিজিন্নরবস্থ মচা অনিথক্তুংগী চরাদং ফংজবা নত্তনা মহাক্কী লোইনবী অত্রুগ মশাগীদি চরা হেনবা নত্তনা উপায় লৈথিদ্রে। চংনবী সমাজগী মমাংদ ইকায় হঙ্গোয়বা থবক করা মীধুনা চরাদং হেন্দনবগী শুথ্রবনি। মহোশাদি বীধুস্থ নুপা অমা ওইনা মমান্নবগী মীয়ক্ তিঙ্গরম্মী। হৌজিক্তি মহাক মীগী মথাদ পোৎয়োনফম শঙ্ অমগী পোৎ হোন্দোক হৌজিন

তৌরি। থা অমগী ওইনা লুপা ৬০, গী চাংদ তলব্ ফংজে। মদুসু থা অমগী শেনফম থা হৌদ্রিডৈদনা লৌথোক্তুনা লোইখ্রে। লৈকাইগী য়ুমলোম্নবশিংদসু মহাক অদুগা মাগী মুপীনা পূশিল্লুবা শেন অমদি পোৎ মশিং খংলক্লে। অমুক হন্না পূরুফম লৈত্রে। মখোয়গী য়ুমদগী য়ুমলোন্ ৪/৫ চৎলগা লৈবা চেং হরায়, থুম-থাও য়োনবা ডুকান অদুসু মখোয় অনিগী মরক্ত অমতংন চঙলুনবগী শক্তি লৈত্রে। মরমদি থোদোক কয়ারক্ত ডুকান অসিদগী মখোয়না মাইথিবা ফংখ্রে। পল্-লুডুনা কান্নদে মুখীনা ডুকানসিগী মপাদা করিগুম্ব চৎলুরবদি থাঙ হাংলম্ব ডুকান অদু থোঙ থিংজিন্খ্রিবনি।

বীধুগী মুপী মুখীসি থবক্ত মথৌনা লৈবী মুপীনি হায়না লৈকাইনা শিঙথানৈ। অদুবু হৌজিক্তি মহাকী মথৌনাদু নীংথিনা শিজিংবা ঙমদ্রে। ফীশাকোল অমা লৈজে অদুবু শেনলেপ পূথখিবদগী মেনখৎপ ঙমদ্রবুনা হৌজিক্ ফি শাদ্রে। অরৈব মপোৎ মচৈ অয়াম্ব কায়বা য়াবমখৈ কায়খ্রবসু মহাক্ত কোন অসিমতংদি লেংলরোই হায়না ব্রাশকঞ্রবীনি। কোল অসি লৈখিদ্রবী মহাকী মমা লুখ্রাবী অদুনা মনাদগী ম্না কায়রগা লৈবীরম্বনি। মহাক্ত বীধুদা ওঙলকৃঙৈদ মহাকী মমা লুখ্রাবীনা পূথম্ অমা তেংচোৎ অমা, অদুগা চায়ংশেন অমগী মথক্ত শেংনা ইন্নবা মফি খরগা উনবীরকই। মচানা থুৎশুকোল অমা লৈতবদগী থবক শুনঙাই লৈতবদু উরদুনা কায়নথংদ মামনা কোল অসি পিবিরকপনি। কোল অসিগী মপান্দগী মুখীনা হায়নীংঙাই লৈতনা কান্নজবসু ফংখ্রে। চিন্নবা মতমদ। মসিদা শাবা ফিরোল খন্নুনা চন্না নোংখন্নবতা নত্তনা মচা অহলগী লাইরিক লাইশু তম্বগী খরচ পুন্নকই। মরক মরক্ত মুখীনা মহাকী ফিশাকোল অদুবু মুন্ন য়েংলগা কোলগী ময়াং অদুগা নাচন্নী উপুদ মিরাং থুরিবদু শেংদোকচৈ। অদুগা মথক্ত শোল্লকই— "ইমা নঙগী কোলসি মিরাংগী মকোন ওইরেদো।" মুখীগী মমিত্ত পিগী ঈন্না চেংকই, থিংদুনা

থমল্লবা স্নশাংব .নিংশা শর অমা শাংন হোন্দোক্লকই ! অদুগা মহাক্কী পেন্দবা অদু ঈশ্বরদা তাইনজরকই— "হেঃ ঈশ্বর ঐখোয়বু শিবা ক্লাওবা ,অস্নম, ৱাদুনতা শিরগদ্রা ?"

মুখীগী নীংব কায়রবা ৱাহৈ অদু বীধুনা থবক্ চৎপ থেংখ্রে হায়দুনা ভফিং ভফিং হিপফমদগী হৌগৎলকপদা তাহৌরমাল্লে থুম্লকই —"অদুগীদমকপু নঙনা ৱারিব্রা ? পোইন্নু লাক্লগা উচিদস্থ মুপী তরেং লোল্লী হায়নৈ, ঐখোয়স্থ করিগী নুংঙাইরোয়দদগে।" মহাক্কী ৱাহৈদু তাক্লরগা মুখীস্থ ইকাই নুংশি তিম্নদুনা ইমুঙলোমদা চঙ্খ্রে। বীধুস্থ মাগী ভোগদবা মথৌ পূম্নমক চেম্ন চেম্ন পাংথোক্লম্লগা পৃথি্রদ কুমদুনা ইরুঙ্গরুরে। ইরুঙ্গবা কারকপদ মহৌশাদি থুদৈ অশেংব পুথোক্ত্‌না মঙ্গোলদা থমম্বনি অদুবুঁ মতু থেংনদবা কনা কুইগ্রে। মুখীনা বীধুগী থবক কাবা নংনবা চাক ঈশিং থোংলবদি থুদৈ অসি মাঙ্গোলদা থম্মী। হৌজিক্তি চানা থক্লবা থো°-থাকপগী থবক তৌদ্রবনিনা ফি অশেংবদু পুথোক্তবনি। মসি পূম্নমক বীধুনা কুইনা তিম্নরক্লবনিনা থঙলম্মী। বীধুনা মফি হোংদোক হোংদোক্ল মুখীদা হায়খি—"নঙগী ঙরাংগী য়াম্ থরদু পুম্লোয় লোইগ্রবরা ?"

—"লোইখ্রে" মুখীনা থুম্লকই।

"থজিক্ত ফাওবা লৈমরোইদ্রা ?" বীধুনা মথা ভাথরকই। "অঙাং-শিংগী থরদা ওইরবস্থ কোম্নরোইদ্রা ?"

হন্দক্তি মুখীদু থুম্লক্তে, মচা নিপা অহনবু স্কুল কাহনগদবগী মফি মরোল শেৎপিদ্নন। লৈম্নী। বীধুস্থ মসিদগী মথা ভাথবদি য়ারুরোই হায়বা থঙলমাল্লে ভোকখ্রে। মশাগী থবক চৎনবগী থোরাং ভোগ্রে। বীধুনা থবক্ কাবদা মচা মুপাবু স্কুলদা মুমিৎ থুদিঙ্গী থিল্লম্মী। ভুসিস্থ মুতিঙ্গুম্ন পুংফম চপ্ চানা মুমুমদগী মপা মচা থোরক্লে শুমাং মভোন্দ লেম্নগা ইমুঙ্লোমদা ওনশিন্দুনা বীধুনা হায়রম্মী— "ঐ হোয়েম মুমিৎ মুংলমদাই অদরাইদা লাক্লে ; অদুকাওবদি ৱারবস্থ হানা অঙাংশিংদু হোৎনম্নম্।"

ছুকান্দ বীধুনা থবক শুরবসু য়াখলদি ময়ুমগীনী। মহাক্ন খল্লি —মনিপুর মচাশিংসি চরা হেনবসু ফনায়াম্ন হেন্নরে অদুবু খাওবদি ফনা নীংথিনা ওম্মী।

লৈবাক অসিদা শেপ্পাও পাইবশিং অসিনা মিনমতুনা লাইরবা এখোয়দা তাৎ তৌরিবসি মমিৎন উন্নবসু মনানা তারবসু; উশিন তাশিন্নদবা ওম্মী। লৈবাক্কী লৈত লাইর মমা মচাশিংবু মুংশিবা ওমদ্রে। বীধুনা মাগী ঢুকান মতুং অদুদা নীংব থুংদবগী য়াখল কয়া মওন্ মওন্ খল্লিভৈদা ফক্লাংদগী ঘড়ীনা পুং ১১ মথং মথং খিংলকই। খংপ্রেক খংঙী বীধুদো। ফুক হৌগংসি। করি তৌশিগে খল্লী। মহাক্কী মমিত্ত ময়ুমদা তৌরমগদবা ফিভমদু শং-শং উরে। মহাক মমিৎ লাওথোক্কুনা কোয়না য়েংব হৌরকই। লৈরিবা পোৎয়াম অদু চাবা য়াবা পোৎ অমতা উদে। কদাইদগী থুংশু থুংলাই, য়োৎ-তারা অমসুং য়োপী রঙ্ য়োনবা ছুকান্দ অচা অথক য়াওফম থোকপগে। অদুমকপু মহাক্কী নাকন্দ লৈরিবা মমল য়াম্নবা ধাতুগী পোৎ মচাশিংগী মরক্তুগী অমতং লোম্ন মী উদ্রিভৈদা য়েপশিনপ্রসিরা খল্লকই। অদুবু মপোকভৈদগী অদুগুম্ব নত্তবা করিগুম্ব অমতা হৈনক্ক-রক্ত্রবা বীধুনা থবক অদু পাঙথোকপা ওম্দ্রে।

মহাক্ন খল্লী। মাগী মহাজন্দ লুপা ১০ দং হান্নগী শেনফমদুগী মথক্ত পিথিযু হায়জরুরগে হায়না। মহাক্ মনুঙগী কাদা চঙশিল্লে, পাকশি মনাক্ত ফল্লিবা মকোয় শাংলবা কোব্য়েৎ য়েংপ মহাজনগী মনাক্ত লেপলুরে। অদুবু বীধুদি মমিৎন হায়ফেৎ য়েংলুবা নত্তনা য়াহৈ অদু মহাজনগী মফমদা হৌদোকলুবা ওমদ্রে। অসুম্ন মতমদি ওহাক্ অমুক হৌখ্রে। মহাক্ন হায়জরুবদা মহাজন্ন ওাংলকদবা য়াহৈদু বীধুনা হান্নবা খঙজরম্মী। মরক অসিদা মখোয়না তৌ হায়বা থবক কয়া অমসু বীধুনা পাংথোকখ্রে। হৌজিক্ মুমিৎয়ুংব মতুং পুংখায় তাশিনখ্রে। বীধু লৈফম্ খংলক্ত্রে; মশাগী অয়াম্বদি করি থোইনবু নী·শিংলুদ্রে; ময়ুমদা অঙাং অনিনা খাংলমগদবা মতৌ অদুদা মহাক্ লৈবা ওম্নক্ত্রে।

বীধুনা ঙশাই মথৈ তৌরিবা মওং অসি মহাক্কী মহাজন্ মকোয় অঙৌবনা শাংন চে য়ুবা, আনোক্ অঙৌবা হাপ্পসিন; মুয় খঙমাল্লে, বীধুগী অসিগুম্ব থৌদোকৃসি ঙসিতা নত্তে। মহাক্ক হংলকই—

"করি তৌরে বীধু! নঙ্গী থবক্ লৈত্রবরা?"

"বাবু, লৈ।" বীধুনা য়াম্ন কিনা অদুগা তকিং তফিং খুমজে।

"নঙ করি হায়নিঙবগে?" মহাজন্ন মখা তানা হংলক্ই।

হন্দক্তি বীধুদো মহাজনগী য়াংং অতুদা ইচঙ্থৌনা খুম্ব ঙমদ্রে। ঙহাক লৈরগা থমোয়শেংন হায়জরকই—"বাবু, ঐগী য়ুমদা অঙাংশিং চরা হেন্দুনা লৈহৌরী য়ারবদি........!" মহাক মখা তাথবা ঙমদ্রে।

মহাজন্ন মোমোন নোক্লগা হায়রকই—"অদু ওইরগা নঙ্ ঙশাইনা হায়বদি কৈদৌই? চৎলু মুনিম্দগী শো লৌরগা গুদামদগী ফৌ অত বেক অমা পুখ্রো।"

ঙসি মহাজন্ন করিস্থু খল্লুবা লৈতনা ফৌ পুখো হায়রকপশি বীধুদা মঙগুম্ন থোক্লে। অস্থুক্ কুইবসি অস্থুম্ন অমুক্ত হায়রক্তবনী। লুপা ৫ দং লৌনবা হোৎনবদা পুং ৫ দগী তাদনা ঙাংলিবনী। অতুবু ঙসিদি করি অমতা অপনবা লৈতনা ফৌ বেক অমা গুদাম-দগী পুখো হায়রকপসিদা বীধুগী থমোয়দা হায়নিঙায় লৈতনা হরাওরম্মী। পোৎ ফংনিঙবদগী মহাক থিন্দনা চৎখিতুনা মুনিম্দগী শো লৌরগা গুদামদগী ফৌ বেক অমা লৌথোক্লুরে। হন্দক্তি ফৌ লৈতবগী অরাবা কোকৃখ্রবস্থু অনিস্থুবা অরাবা অমমুক্ বীধুদা নল্লরে। ফংজরীবা ফৌ খরদু ময়ুম য়ৌবফাওবা পুনবগী শক্তি বীধুদা লৈত্রে। উপায় লৈত্রতুনা বীধুদো মহাজন্দ অমুকস্থু হল্ল চঙজরম্মী। মহাক্ক হায়জরম্মী—"বাবু রিক্সা ভারা ওইনবা লুপা অমতা পিবিখো।" হন্দক্তি বীধুনা হায়গুম্ চিংনবা লৈখিদ্রে। মহাজনস্থু মাগী পাওখুম্ পিবগী মহুত্ত লুপা অতুনা পাওখুম্ হল্লকই। থংনবা মিৎকুপ্ত বীধুনা রিক্সা অম তনেক নেক্লগা ফৌ বেক অদু ময়ুমদা পোরকখি। মথক্কী থৌদোক্ পুম্নমকসি বীধুনা মুখীদা চিথদনা তমখ্রে। মপুরোইবগী

য়াকম্ অদু তারুরগা মুখীগী পুরিংদ চিংনবা পোকুচে। অদুবু মুমিৎ অসিমক্তদদি মশাগী চিংনবদু ফোংদোকাখিদ্রে। অদুম ওইনমক্ চৎলিবা থা অসিগী বীধুগী তঙব অমুক্ ফংনিঙায় লৈরমখিবী হায়বসি মুখিনা থাজখিদে। অদুগা হৌজিক্তি ফোনৌ লাক্লবনিনা কৈথেন্দ ফো শংবায় অমগী মমল লুপা ১৬ তা হন্দুখরবনী। অদুবু বীধু-মুখীগী ইমুংদদি মমল হেনগৎপতনা মখোয়গী শরুক্ ওইরী। লাইরবশিংগী লাইরা ত্বারবগী মচাক্লী লনশোৎপ হায়বসি। অদুবু করম্ তৌনী চরাদি হেল্লী। শোৎতনদি, পূদনদি লাইরবগী লৈরঙদা মৈচাক্ ফবা ঙমদ্রে। মুমিৎতু তাং ২৩।৯।৬৮ ইং নি। থা কাহনা বীধুগী তাঙ্খিখ শুবদু মুখীনা খোরাংন ঙাইজরী।

---

অরুম

# য়ায়েল হৈতে

—ইবুংঙো! লাইরিক্ তম্ব চৎলোদনা, থেংথে।

—ঐ, স্কুল্গা অমত্তা কাররোই।

—কম্নিগী? কৈদোৌনা কাররোইদোরিবা?

—লেখাসু ইত্রে, অত্থগা অঙ্কসু হোত্রে, ঐ স্কুল্ চঙবা ঙম্নরোই।

—কৈদৌনা ইদ্রিবা লেখানো? থরা তৌরা কাররোই, থরা লৈরা কাদ্রে। স্কুল্ কাবসিবু মুমিৎ থুদিংগী নেক্লথিগদ্রা ও?

—সিবু ঐনা তম্দুনা কাদবরো? ঐ ঙসাইনা লাইরিক্ পায়তুনা চৎকে তৌরুরবনে।

—অত্থগা কৈদৌরবা?

—ঙরাং ঐনা হোত্তুনা থনম্ব অঙ্ক অত্থদগী লেখাবোই অত্তুসু অমত্তা লৈরম্ত্রে। অত্তুনা স্কুল্দা চংলোই-এ····।

—নত্তেনে অতুবু কদায়দা হন্দোকউরিবনো? নমাম্নবগী ময়ুমদকা চিত্থ-লাক্থহোত্রাও?

—নত্তেসে, অমত্তা নত্তে। ঐনা কনাদা হন্দোকউদোইনো? ঐখোয় পাবুংখোয়না ঙরাংদগী ফম্লিবা অত্থদা লোইনা লৈহৌরবনী য়েংউচো।

—হৈমা। নখোয় পাবুংখোয়না জ্বাম্ন শাম্নবদবু নঙগী লেখা বোই চঙ্ত্রমে হায়রিসিবো?

—থাজত্রগা য়েংউচো হায়রিসিনী।

—কম্নি তৌনরিবা মখোয়দে?

—আঃ লোইরবনী, ঐগী অঙ্কগী লামায় অত্থদসু মখোয়গী অঙ্ক অমুক্ খোংচিন্নে। অতুদগী কোম্নরক্ত্তুনা লেখা ইবা বোই অত্তুসু অমুক্ ইহৌরবনী। ঐনা বোইসু ঐগী মাম্লী হায়ত্তুনা য়েংগে চঙলুবদা চুরুপ্ মনজ নম্থিম্নিবা, ঐগী লাইরিক পাফম্কা ওইতনিংত্রে কা

অদো। মৈখুগা চুরুপ্ মতেক্ বেত্তী মতেক্না পিক্ থলহৌরবনী। অদুদগী ঐনা বোইদু চঙশিন্দুনা য়েংলুবদা ঐখোয় পাবুংন খুপাক্ল থাদুনা তাম্বোক্লকই। ঐনা হায়রিসিনী ঐদি স্কুলগা অমত্তা কারোইদবনী।

—কারি য়ানোনে হায়রিসিবো! ঐনা অঙাংগী লাইরিক্ ইনবা চে লৈত্রে খরা লৈবিরকউ - লৈবিরকউ হায়বদি হোৱেন্গা হয়েংগ সুমিৎ থাদুনা মতোকপা! অদুগা নহান্দং তোলোপ হেক্ কংলকপগদি কদাইদগীনো মী অরৈমখৈ খোমদুনা পোরক্লগা ইমুঙসিদা চঙবিরক্লে। অঙাংগী চে লৈবিরকপ্রা হায়ববু জ্বারগী চেনা য়াখেনিথোই লৈরকপা। অদুদগী হেন্দোক্তুনা অঙাংগী বোই চেনা খরতা ঙাইজরবা অদুবু মখোয়গী শান্নবদা শিজিন্নখোকপা অসিবু ঐবু করি হায়সিগে? মী পূন্নমক্কী আফিসকী থবক্ তোবশিং অসিবু ঐখোয়গী অসুম্ন তৌরমগত্রাও। অঙাংসিনা হায়রিবসে করিমত্তা লান্দবনে, লান্দবা। মীগী মচাদি আঃ মিসন স্কুলদবু থাবনে, সেণ্ট্রেল স্কুলদবু তমহনবনে করিনো তৌনরিবা। ঐখোয়গীনা স্কুল চিদেকপী অসিদা তমহনবসিমকপু য়াথোক্ ওইনরে।

আঃ নহান থাংজগী ছূতী সুমিত্তগী ফমগৎলক্লিবনে—কমগৎলক্লিবা। ইমান্নবীশিংগী মমাংদ ইমায় অসে থমফম্ খঙত্রবনে। ইকায়দা মীগী মমাংদ ইকায়দা। মীনদি হাঃ তলব চায়, অচৌবগী ইমুঙনিনা সুংঙাইরিনী হায়রিব, ঐঙোন্দদি খোয়দৌ অসি ফুক্লবনে, ফুক্লবা। মীগী মরাইবক্ ফবিশিংগীদি সুংঙাইরিত্রা খঙত্রে ঐখোয়গীদি কদায়। ইঙখোন অসুক্ চাওবসে মরোয় মকা অমা পৎ থৎনিঙায় লৈব নত্তে। নোংঙানবগা হোটেন্দ চা থকপনী হেক্ত মচৎখি। য়ুমদা চা-চিনী খর মখৈ য়াত্তনবা হোৎনরিবসে নোংমতবু থকে হায়ব্দিে। আঃ মী-কা লাকঅগা তঙাই যদনা অদুক্ থক্ লাকপা অদু মুঙায়। করিনো করিনো মী ওইনা পানববু ঙমগনি থাজরক্লে। সুপানী নোংমতম্ শীঙ মতেক্ অমা থায়বদি য়াইদনা মদুদি হায়রুম্ন সুমাং

রাই ফাওবা নোংমতা ফৎ হাইদবনে। অসিবু ঐনা হায়রিনিঙহুনা হায়বরো। ইপামদগী ইমা ইপানা করিমতা রাত্তনা উনবিরক্পসু মহাকথক্ত লোইশিল্লক্লে। অঙ্গসু হায়জশারিয়ে, আঃ কার লৈরনী স্কুটর লৈরনী। মখোয়গী তলব লুপা ৫০০ হুনা কৈদৌদৌরিবা ? অতাং থাশিদা চাবা ফাওবা কোম্নঙমদে। মীনদি আঃ সাহেপনি, অচৌবনী হায়শারদনা লৈকাইগী থৌদোক্ অমতা চিংথবা লৈত্রে। কনাগী ষষ্ঠি পূজাকাওব ফাংনরক্লে। চেরিতিগী শেল থায়বা, টিকেৎ য়োনশিল্লবমক্তদা ঐ য়ুম অসিগী মথাদা মিকুপ অমতা লৈজনিঙ-দ্রবনে। করম্ম মীগী মমাংদ চোপকদগে খন্দুনা অফ-কত্ত পূম্নমক্ ঐনা উং-রাইনা থুমহুনা ওল্লীমথৈ মেনখৎনবা হোৎনবসিদা হেম্ন হেম্ন নরাংবিরমাল্লেনে। খঙনী ঙসিদি চাকসু থোংলোক্ত। থবকাসু কাদহুনা মরাইনা তোকচনী। য়েংগে মীগী মগুনসি খরা খঙহন্দ্রবদি য়ারোইদৌরি।

খঙদে, লাইমসু ফত্তেদা কদায়দগী মুপাশিংনো, ময়ুম মকৈবু লিংদবরা ? মখোয়শিং অসিনা সরকারগী থবক্ তৌই, তলব চায় হায়হুনা করি কাম্নগদগে। নহান্দগীনিনেসে ইমুঙ অসিদা কুল্লিবা ময়ুম ময়ুম্নবু থিনরয়োইদ্রা ? আফিসতগী তলব খরা পুরকপদো মখোয় মশেন্ য়েন্থোরহুনা ময়ুমদা অমতবু পুররোইনে তৌরিবসে। মখোয়দা শাম্নজবদি লাইরহুনা ইমুঙ অসিদা ওইরিবা মওং অসে মখোয়না খজিক্তফাওবা খঙদমাল্লেনে। নত্তেদা, খল্লু খল্লুরগা থরাই অসি চাক্ইদা। মীঙোন্দ তাইনকম্ থোক্তে পূম্নমক্সি মহাক্তনা থোকহল্লীবা ঙাক্তনিদা।

হৌজিকপূ চাক থোংনিঙায় শীঙসু থায়দ্রি ; ঙসিদি নিংথৌকাব-নিনা আফিস কাগে শোইদনা হায়রক্তনিসে। ঐবু শীঙ লৈত্রে শীঙ থায়রো হায়হুনা হেক্ত কৌথোকলুরসিরা ? অহুসু মীগী মমাংদ আঃ ব্যবহার খঙদে, হাঃ উশিত্তে হায়হুনা অমুক লান থোক্তদৌরিবনিনে। ঐদা মতৌজরুরগেদা । ঐগী থরায়সিনা হিংলিমথৈদি মঙোন্দ ঙমদে

কৌবদা মহাম্নজন্নম্নোই। অঙাং অতুমনা ঙাংবমখৈ ঙাংলম্নগা স্কুল চংশ্রবম্না লৈত্রিবসিনা! চৎশ্রেদনা লাইরিক লাইশু অমতা লৈত্রে। অঙাং অসিমস্থু মহৈ মশিন নীংথি সুংঙায়না তম্বীদতুনা মাংহনগদৌ-রিবা। মতৌদি হায়শারিয়ে ডাক্তর তমহনগদৌরিবনী—হাঃ ইঙ্গ্রি-নিয়ার ওইহনদৌরিবনী.কা হায়তুনা। অতুগা তৌথোরকপদি মচাগী থুংই লাইরিক ফাওবা জ্বরি শান্নবদা শিজিন্নবা ওম্মী।

ইহেঃ, নহানগী চন্নাং পাৎকি লৌ নিন্‌বগী কেশ অতুনা কমদৌ-রিগবা? মিপাশিং অতুস্থ লাক্কে। লুপা ২০০, থক পিরম্ব্তুদা মখোয়না শোয়দনা ওম্নগদবনী থম্নতুনা লৈথোকশ্রবা জাৎলা। করিগুম্ব শোয়-লাক্কুনা ওমূদা-লাক্ত থোক্লবদি মাঙ্‌লে। শেন্‌ হনবদি লাইরতুনা মীনা ঐবু থীনা ঙাংনথিদৌরিপোৎনী। হোয়েন মহোয় পাবুংন লুক হারিঙৈদা বাঁফমশি অমুক্তং তঙ্‌তানা ঙাংনহৌদবা য়াদ্রে। হয়েং মীগী মমাংদ "লেম্বীস্না" ঐ শিবা য়াবা নত্তে। অতুগা চাক্কৌবা নংনবা ঐগী কৌ চরোং পরেং অসিমতংগ নেকলেস ওস্তোকহৌদবা য়াদ্রে! ইমায়পেম্মা ঐদি ঙাংলিঙৈদা পুং অসি আঃ য়োশ্রেদনা, চাক নংদতুনা তৌক্লরনী। চাওবস্থ লাক্লে শীঙ্‌ অসি মান। ইতত্তনা খায়বিবগী খায়বিবা ওসিগীস্থু চম্না অমতগা খায়বিরম্মু হায়হু মঙায়রে।

—হোঃ চাওবা…!

—স্না ইবেম্ম! করি তাকুপিগদব…?

—য়েঙোয় চাওবা, ঐদি হায়মল্লদনা ইকপু ইকায়রেদা।

—তাকুপিয়ু কৈদৌবগে—।

—হোয়নে, নঙবু নত্রবদি ইচেম মনাওশিং অসি হোৎনবু ওক্লনজ্ঞেলো। মহাক্নদৌম ওসিস্থ শীঙ চম্না অমতা খায়বিরম্মুনে। সুম্নিৎসি আঃ য়োশ্রে নঙ বাবুগী থবক্‌ কাবা নংদবা ভারে ইচেম্‌ চুপ্‌-লুপলুরগে।

—ফগনী, স্নাইবেন্ম চাইথখিরুরো হোৎনজরমগে।

—মুংঙাইরেদা, ইকপ্‌্রা লাক্লমদ্রবদি ইচে....।

হোয়দা! অসুক্‌ চিল্লবা মতমসিদা ঈশ্বরনা ঐগী ইতেও পাংবিনবা হেক্‌ হেক্‌ হোৎনবিরক্ত্রবদি লেম্বী ঐদি মাঙজরেদনা। তস্ত্র লিমঙাইদনা মুপী ঐনবু শীঙ্গায়বাক্‌ অসুক্‌ চাওবসি খায়বা ওম্ব হোৎনবরাও। হৌজিক্‌ চাওগা লাক্লবনিনা ঐগী করি ব্লাৎলুরনি। চাওবদি আফিসতদা নত্তে ঐখোয় যুমগীসু ওইরিবা চপ্রাসিনী। অার শাম্ররিবসিসু মানা মরাইনা লোইশিঙ্কখ্রনী।

তাং ২৩ | ১০ | ৬৮ ইং

---

মরি

# নোং মংখি

—ডাক্তর। ডাক্তর॥

—অনক্পা ফার্ম্মাসি অসিদা হেক্ক পুশিল্লসি।

—নত্তে জেনেরেল হোসপিতালদা পুরসি। মহু য়াররোই, থীস্থরবদি মওং চারক্তবস্থু য়াই। অমনা পাউখুম পী, অমনা অমুক্ হায়; পূম্ন'ং লাংনরি।

ঐখোয়স্থ লম্বী চৎলম্বদগী করিনো অমা তৌরমাল্লে খন্দুনা মফম অদোমদা চঙশিল্লুই। মফমদু ঙহাক্লী মন্থুংদ মীতনা চিৎন-চায়নবা ঙম্খিদরে। মখা তুকান্গী প.রংসি উষা সিনেমা হোল লৈঙৈদগী খরস্থ হেন্ন মী চিল্লে। সুনী অমা রাস্থরে। রাস্থ'রিবা সুপীদু অনক্পা ফার্ম্মাসি অমদা পুশিন্দুনা ঙহাক লায়কন্নরবা মতুংদ জ্ঞান্ তারক্লে।

লাংনরম্ব মী ময়াম্দো রাস্থবত্ত ফরক্লবদুদা অমুক অমনা অমবু হম্ন য়েংনরমদনা মহৈ মহৈ টিকেট ফংহৌররোই হায়দুনা গ্রুং গ্রুং হোৎচিন্নখরে। অরাবা তারবী সুপী অগ্গী মনাক্ত কনাস্থু লৈহৌদ্রে। মাগা লাক্মিন্নবী সুপী অদুস্ত টিকেট ফংহৌনবা হায়দুনা মীয়াম্ মরক্ত চঙখ্রে। টিকেট য়েনফম্ অদুদা লীচৈ পায়বা পুলিস কয়াস্থু লৈরি। টিকেট য়েনবা হক্হৌরকপদদি পুলিসশিং অদুনা মীয়াম্দু ঙাক্লাক্পা ঙমখিদ্রে। অমনা অমগী মথক্ত ইন্ন-কাওনদুনা টিকেট অদুতং ফং-হৌনবগীদমক্ শিনি-নানি হায়বা ফাওবা খঙনখিদ্রে। ঙাইহাক্কী মতুংদ লাংলম্ব মীয়াম অদু নেমথনখ্রে। টিকেট ফংহৌবা ফংহৌবীশিং অদুদি রারবস্ত রানা হুমাং তৈথোক্লগা মফম চানা চানা অমুক ফমথনখ্রে।

ফংহৌদ্রবশিং অদুদি মপুম থিংন রারগা অরেম্বদ নামৎ শিৎ-লবত্তুদা মমায় মমিৎ ঙাংলদুনা অমগা অমগা খৎনরক্লে। হান্ন লাকচবা ঐখোয়দি ফংহৌদ্রে, কোন্ন লাক্পী মমায় নান্বী মৌ মচাশিংশিদা লোইনা পিথোক্খ্রে। হায়দুনা অহল ওট্টরবী সুপী খরদি মথৌমুক ওইনা শাউখ্রে। অঙাং কয়াস্থু মমিত্ত ঈরা চেনবা য়াওরক্লে।

মুপী মচা চহী নিপাল্লোম্ শুরয়গদ্রা অমদি কপ্ন-কপ্ন হায়রকুই—"ঙরাংদগী চাদ্রিবনি, হৌজিক্ আটা ফংদ্রবদি য়ুমদা চঙখিবদা পাজীনা ঐবু ফুগনি।" মুপী মচা অদু মমাংদ লেপ্লিবী মমাগা মান্নবী মুপী অদুদা মুপীগী টিকেট অদু মঙোন্দা পীবিরো হায়দুনা নিরুরে।

ওস্তোকপনি। মী হায়বসে লৈরক্ত্রবা চারক্ত্রবা অদুদদি আটা কিলো অমগী টিকেট অহ্ ফাওবা পিথোক্লকখিদ্রে; মচাগুম্নবা অদুবু মুংশিখিদ্রে। "কদায়দগী অঙাংনো থরায়মক থাদোমখৈ লোজরিবা চেংজেং অসিবু মঙোন্দ তরয় তরায় পিথোকও হায়রিসে।" তথি তথি চৈবিরক্লে।

মীকুপ অমতং মকম অদুদা লেপ্লুবদা উরিবা য়েংহৈদ্রবা শক্তমশিং অঙ উক দগী ঐগী থমোয় খাঙদুনা লৈবা ঙম্লক্ত্রে। চাবা শেংপগী-দমক্ত চাউথোক্চরম্ব মৈতৈনি। হায়জবা নিজবদা ইকায় হঙ্গোয়নরম্ব মৈতৈনি। মায়কৈ খরদা ফুরা দলালনা ঙৌরক্লবস্ন! মীশক খরনা জীপ কার তোংনরবস্ন। উজরমদবা ইমিৎ অসিনা ঙসিদি পুন্সি লোইশিন্নরবী, তিংলম্ব উন্সা অদু খুইবনা চহী মশিং তারুবী পলেম্ কয়াবু মুংশাগী মৈশা মরক্ত থোইদোক্লস্ন বিজাতি কয়াগী মমাংদ আটা কিলো খরগীদমক্ খুঙ্গোয়নরিবসে উরেকো। য়াইফ-মুংঙাই কনানা, লৈবাক্কী অঙম্ব মখোয়স্ন শক্তমশিং অসি য়েংলম্নগনিকো! খন্থরুই। ঙসাইগী রাম্থরুবা মুপী অদু হৌগৎপদি ঙম্লে। ঐনা হংলুই

—"ইমা করি লৈকাইদগীনো?"

"ওইনাম লৈকায়দগীনি ইবুংঙো।"

"ইমাগী য়ুমদা কনাস্ন লৈত্রবরা?

"লৈ, তমদুনবু করি কাম্নবনোদা—।"

"করি থবক-কাদি তৌরি?"

"করি তৌরুনি। মানবু মরম ওক্পিরবদবু ইমানা করিগী অম্নক্ রারুগদগে; মকম খঙবা মচা নত্তে।"

"ইমানা হায়রিসিবু....।"

"ইবুংঙো! পু-পাং শুনা য়ারক্কবগী হৌনবা মানা তৌনিংবতা তৌদুনা লৈরিবনে ইবুংঙো। নোংমনা মমান্নবা ময়াম অমা পুদুনা হেক্ হঙ্গিনলক্ই, অদুদগী নিনি-ছুন্নি অমুক হল্লক্লে; কদায়দবু লৈরিবনো ইমা খঙদে।"

"অদুগা ইম্মাদি.... ?"

"আটা লৌবা লাক্পনি। ইমা ঙরাংদগী চল্লা চারক্লি।"

"মুপা মচা অদুদদি করিগুম্ব অমতা হায়দ্রবরা ?" ঐনা অমুক্সু হংলম্মী, মুপী অদুনা অরোয়বা ওইনা মুঙশা শ্বর অমুক্তং শাংন হোল্লংনা খুম্মকখি— "ইমাদি মাগীদমক করিমৃতা য়াদ্রে, ঐগীদি শিবা মুমিত্ত শিরে; শিদ্রিমখৈ অসুম্ন খরা হিংব, হায়বদুনি।"

ঐহাক মখা অমুক তারুদ্রে। ফুরিৎখাউদগী লুপা অমখক্ লৌথোক্লগা মুপী অদুদা পীরুই। ঐগী লুপা অদু মহাক লৌ হায়বা পাক য়ারমদে! তঙাইফদনা লৌহৌই। মফমদুদগী মায় লৈথোক্লক-পদা ঙসাইগী মুপী মচা অদুম্ন হৌজিক্ ফাওবা কপতুনা লৈরম্মী। ঐহাক্ পেন্দ্রদুনা হোলসেল কো-ওপরেটিভকী মেনেজরদা হায়জরুই, মুপীমচা অসিগী টিকেট অমতদি ফংহনবিয়ু! মেনেজরনা ঐখোয়বু ফজরবা য়াহৈনা তাকপিরকই— "বাবু! ঐনা খোইনা পীজনীংই। অদুবু অতৈ ফংহৌদবা ময়াম অসিগী মমাংদ অদুম্ন তৌরুরবদি ঐখোয় শিব চঙবগী য়াফমনি। অদুনা চানবিদুনা য়াফম অদুমতংদি লম্বাম্বনা ঙম্জদবা তারে।"

ঐখোয় নীংব কায়রবুনা মফম অদুদগী থোক্লরগা মুপীমচা অদুদা ঐনা হায়রম্মী—"ইবেম্মা নহাক্কী শেল খরদুনা ওক্রবদি সে লুপা অসিমা হপ্লগা দুকান্দগী নঙনা লৌগদবা আটারা করিনো খরা লৌরগা নয়ুমদা হনগ্রো। ঙসিগীদি টিকেট য়েল্লরোই।"

মুপী মচা অদু ঐগী খুত্তগী লুপা অদু তনলো লৌরগা য়া-লান করিমতা ঙাংলমদনা চৎল্লে। ঐনা খুৎ থিন্দুনা মাগী পোৎ লৌবা

য়াগদবা ছুকান অমা তাকখি। থংনবা মীকুপ্তা ঐখোয় মকম অদু খাদোক্তুনা উবা হোল লোমদা হাইথরকই।

হোল মপা য়োরকপদা মীতনা লম্বী চৎপ য়াদরে। হোল মনুং অমস্তুং মুপান মীনা পিক থনখ্রে। ঐগা লোইনরিবা মরুপ বীরেন্ন হায়রকই— "রাম শ্যাম ফিল্ম হোরে য়েংখ্রসি।" মহাক ঐগী পাউখুম অমুক ঙাইরমদনা সিনেমা হোলগী মাঙ্গোল অদোমদ, চঙ-শিনখ্রে। ঐস্মু য়াম্ন হৈনিংদনা মাগী মতুং ইনবা তারম্মী। উরে, বুকিং ওফিস মথক্ত অঙাংব মচুগী ময়েক্ল থারিবা "হাউস ফুল"।

টিকেৎ য়োনফমদা টিকেৎ লৈত্রবস্ত টিকেৎতি ব্লাৎপ লৈতে। ঐখোয়গী মাংদ মুপা মচা থরনা অহেনবা মমন্দা টিকেৎ য়োল্লি। ঐগী মরুপ অদু সিনেমাদা থরাই লুপচবা মনি। মহাক চিংনবা লৈতনা ব্লেক্কী টিকেৎ অদু বেলকোনীগীদমক অনিথক লৌরক্লে। ঐনা হংই— "কয়া পীরম্মী"।

"লুপা মঙা" মহাক্ল খুম্মকই।

খুদক অদুমক্তদা টিকেৎ য়োল্লিবা মুপা মচা অদুগী মমাল্লবা অমা চঙলক্লগা হায়রে— "তোম্বা! নখোয়গী ইমাদু চিনি য়েনফমদা রাম্তুনা লাক্লবদগী করি থোইদোকপদি তৌহোদ্রে, রিক্সা ঙাইদুনা লৈহোরি।"

টিকেট য়োনবা মুপা অদুনা রা ঙাঙদনা পাউ তম্লরিবা মুপা মচা অদুদা কিন্ন অমুক্তং থক খিনখি! অদুগা হায়রকই— "ইঙ্গৎ মাঙবা রাদু করিগী ঐঙোন্দ তম্লরি।"

পাউ পুরকপা মুপা মচাদু কিন অমা চারবদুদা রা অমত্তা থুম-খিদরে। ঙহাক লৈরগা টিকেট য়োনবা মুপা অদুন। মহাক্কী টিকেটশিং অদু পাউ পুরকপা মুপা মচাদুদা য়োল্লম্মু হায়বগী মওং শিন্নরম্লগা চৎখ্রে! মহাক দেবানন্দনা জুয়েলথিফ ফিল্মদা উপ্প টুপী অরাংব'দুম্বা অমা উপ্লি। ফুরিৎ অদু মোজা ফুরিত্ত ঙকশম পানবা জাৎতুনি।

কোংলৌদা য়ানবা শ্নোংগ্রাও অদু খুমনবদগী ওইবা তাই, মতোন্দ থরা য়াৎখায়। মহাক স্নোরোক্ক য়ৌখিবগা রা ঙাংদে, মমাংদ চংলম্ম রিক্সা অমদা হেক্ক কাখৎখি। মানা খুদোম্নী থিনবা য়ায়কৈদা রিক্সা থোৌবদুস্থ হেক্ক মথৌখি। রিক্সা তোংখিবগা মহাকু মনিং পোকেস্তগী চুরুট মচৈ অমথক লৌথোক্লগা তনচম চমুখৎতুনা ঐথোয়গী মিয়েং মপাদগী হেন্দোকখি। থংনবা মীকুপ্ত মমা অশোনবীদু রিক্সাদা পুরুকখি। সিনেমা হোল মপা য়োৌরকপদা মহাক হোললোমদা অড্ত্তুং য়েংশিল্লম্মী। হন্দক ঐথোয়না উবদদি মহাক্কী নাতোন শুমাংগী মকোই অদু থরদং শাংব হেনগৎপ্রা নীংই। ঙসাইগী অহল অদুগী মচা মুপা হায়বদু অসি ওইরমাল্লে।

অহানবগী সিনেমা লোইরক্লন্থনা ঐথোয় অমুক য়েংননবা হোল মমুঙদা চঙশিল্লে লুপা ২.৫০ পীবা টিকেৎ অদু থোংজিন্দ লেপ্লম্ম মুপা অদুনা শেংখ্রে।

মঙা

# ঝুলন পূর্নিমা-দা

ইস! কয়া য়ামগ্রবা মীনো। অশুক্ য়াম্ন চৎলমগনি—ইনরম-গনি হায়বদি শুংথাবু থাজরুদে! অঙবু করিগী মীয়াম্বো ওম্বোন্ন য়ামগ্রে।

অপাবা, অঙৌবা ইন্নফি, ময়াংলংগী পুমঙৌফনেক উরৈরোম হায়ফেৎ শংলবা। শাবানগা মুর্ত্তিগা মেংবদা চঙখোল্লবীশিং। মাইখোঙদা চন্দোন্—শিন্দুরনা অমুকস্থ ঈথক্ হোৎহল্লিবা। ঐবু মখোয়গী মরক্ত য়াওহৌরসিরা? ইনন্দনা চৈরবদি, অদু মঙাযরে ঐখোয়না ইচম চম্ন চৎচরগে। অঙকপনি, ঝুলন লোইবা পূর্নিমা নুমিৎকি গোবিন্দ থুরুম্ন লাক্লিবা যাত্রিক্শিং।

মীতনা নোংলিমুক্ কুণ্ডলবা কোন্নুংগী স্নথোংনি। কনানা মপাং চিথহৌবা ঙাইনরি। কনাগী অঙাং লৈহৌবা কৌনরি। কনা অমনা ঙাইবিরমদে হায়বগী শাওনরি। মরক্ অদুদা ঐগ্নোয়স্থ উচিন্ন নাচিন্ন গোবিন্দজিগী লাইমাঙদি য়ৌরে। লাইবকস্থ করম্ন কত্তে হায়গনি, থান আর্তী কৎপ মতমদা থোক্লুবনা লাইফম্ থুদিং থুরুম্নজবা ফংলে। কোন্নুংগী ঝুলন হায়বসিদি মতা অমনি, খুল্লকিদ্বগ মান্নদে। ফিজ্জং খন্দে, শ্রিন থাদদে-অয়েকপ লাইকা অম্নফাওবা উপোৎ নত্তে। চুম্নগী ঈশিং পেরে কাপ্লগা লৈ-শুতনা শেম-শারবা দল অদুদা রাধা গোবিন্দ লেংশিল্লগা লোইরে। মসিবু শিংথাদুনা লোইরম্নাইদ্রবা কৃষ্ণ লিলাদা ঝুলনগী ফজবা মন্নুংফাওনা খঙলুত্ররস্থ মিংল মপানগী ওইরা থবা মথৈদি উজবা ফংলি।

লাইগী নির্ম্মল থরদং ফংনন্নবা মোৎন্নবদা শাদোথোংবম্মখৈ য়ান্নরিপোৎনি। থরো থাবিক্লুথা, থম্ন থয়াল থমচেৎ; গোবিন্দগী ন্নাকুবু য়োম্নবদি হান্নদগী মগুন হেন্নগংপোই নীংঙী। নির্ম্মল তাম্ন-রিঙৈদা মেম্নচা, শুমোনবু হায়ন্নক্লমদ্রবদি মুমিৎ তাথিবনা হানখিদ্রুনা

হনুমান মহাবলিবু খুকয়মলোইদৌই। চেয় চেয় চৎপদা ঐখোয়গী ইনম্ম পাঙ্গল শোনবী অমা ইয়জরকপণ্ডদি, মচানুপা চাওপোক্ অদুগা কোম্নুংগী লম্বী চিদায়দলৈবা হাবুংনবু ফাহৌরব্রা নীংলুরে। মেমচাখোয়দি ইনখৎলক্পগী মশা খিংবনা য়োনিংবগা থুংবগা মাগ্নরিপোৎনি। ঐদি চহীনা খজিক্ লুমখিবনা কয় চৎশি চৎঙমদা, ইনম্ম ঙাইনা চৎপদা মফৈদা হায়ড়ুনা লৈরে। মাংগী কাংবুনা শাওরিবনা "ননম্ম ঙাইরিঙৈদা পূন্নমক্ পুমশোয় শোয়রনি" অসিনি। মখোয়গী "পূন্নমক্" হায়বা য়াতাশি অর্থ লৈবনি খল্লিঙৈদা তুংদগী ইনম্ম না "অঙাংসি ঙহাক্তস্থ শম্বীয়ু কদোবগে ইথস্ত হুন্দোক্লয়গে হায়রিব্রা?" অসিনি হায়রক্লিবা। মরক অসিদা ইথস্তগী য়াখলবু খনজগব্রা কনাগী য়াবু ইনগদবনো য়াম্নমক নীংব কায়না লেপ্প তাখি। ঐনা লেপ্লবা অদুদদি মেম-চাখোয়স্থ লেপলে, ইনম্মস্থ য়োশিল্লক্লে। অঙাংড় মেমচাগা শুমোগনা মখুৎ নাম্ম নাম্ম পায়রগা চিংবোই থাংবোই য়োখরে। ইনম্ম-খোয়শিস্থ লাইবা লাক্পদি য়াপোৎ নত্তে। মচা য়াওদ্রবদুদদি মকি মরোল শেম শারদুনা ঙরাংগী লৈশাবী চহী ১৭ কিড় মঙাইখরে; কেখৎলকখ্রিবা। ঐড়ুম্ ইকায়জরে মহাক্কী তুংইনদোবা। মহাক্তি ঐঙোন্দগী খোংকাপ য়াইখৎখিড়ুনা মেমচাখোয়গা অমতা ওইখ্রে। মতাং অসিদা নীংশিংলকই মহাবলি উমংদ য়োং য়াম্ন লৈ হায়বড় অড়ুবু অসিগুম্ব অহাংব তাঙ্গা অসিদদি য়োংনাও পাখঙ অমতকাওবা ইতেং পাংবিনবা মশক উখিদ্রে। করম্দিতৌনি ইরাইবক্কী থোক্লরবনি খন্দুনা য়ানা য়ানা চৎপদগী মহাবলি য়োরে।

মহাবলি, মহাবলি। হনুমান ঠাকুর মহাবলি। মসিদনা অমুক হেম্ব য়ী কুংলম্মী। অপিক্পা মকম্, অপিকপা লাইশঙ; অখুবা খোঙ। মরক্ অড়ুদা চঙড়ুনা হনুমানগী দর্শন ভোগদবড় অকিবড়ুম্ পোক্লে। খয় খয় য়েংন য়েংন্ চংশিল্লিবা খোঙথাংগী মতুং ইয় মাগুব মচিন য়োরে। চৎন চৎন য়েংন য়েংন মহাবলি মগুরবু ভয়েৎলক্

হয় কোয়রে। থোঙজিন্দা লেপ্লগা মখুং মপান তুনা শুপ্প অমুক্তং খুরুমজববু থিভম্ কজবসি মীনা উথোকখ্রদ্রা, ইকায়জন্নবা তুং-মাং কোয়না য়েংজরিপোৎনি। মেমচাখোয়দি মচিনগা মখুৎক, বামোন শিন্দুর নম্বত্র মহাক্কী মখুং পোকমিন্নবদু মঙায়। ঙাংমনে-শকপনে লৈশু-চেং-থোইদিং অমতা চিংথদনা কংহোই। অদুবু ঐদি ইচিন লুমজবগী ইপাপ্প খুৎখাং নিবা নত্তনা করিস্নু কংব ঙমখিদে।

লাইখুরুম্ব লোইরদুনা য়ুমলোম্দা হন্নবা থোক্লরক্লে। মহৈ মহৈ খঙনবা, তিন্নবা, চান্নজবী কয়া থেংনবা উনবদো থব্রায় পেন্ন কৌনইজ। কনাগী বীলাসিনী, বীনাসখি, প্রমোদিনী, কুঞ্জরানী অতুগা অচৌকো নগী বীনোদিনী মখোয় অমতা চিংথরমদে। ঐনবু খল্লুই— লাইনীংবশি ঐখোয়দরা হায়রবু মখোয়স্নু নীংলমলিপোৎনি। থমোয় শেংব শেংদবদি ঈশ্বরতনা খঙলমগনি। চন্দোন পাক্ল থিনবগী হায়রুরবদি পক্কোৎনবু হেল্লমগদ্রা? মদুস্নু খঙদে। ঐখোয় তপ্প তপ্প লাব্পনা থুমুখোং য়োরমদাইগী লমলোং অহুম ফাংব অদগ্নাই য়োরে। কনা-গুম্বী লৈশাবীশিংদি পুক্লিং মুংঙাইনা, নীংজবা পুম্ব থুংলবনী থোম্হোক্ত মরো লৈনা নোক খেবা উরি। কনাগুম্বা খরনা ইকাই ইকি খঙদমক নংহোয়রোই মতাগুম মপুক্লিংগী অরোনবা রাকম কয়াবু কনাগুম্বগী মফমদা ফোংদোক্লি। মুপাশিং অদুস্নু ঐনা মহৈল্লে মতাগুম মহাক্কী চান্নবীশিংগী মমাংদ হায়না হুম্ন চৎলি। কনাগী নাপ্প নক্ল মুংশি চিরোল তৌরুরি। অসিরা ইনখৎলকপা হায়রবদো? অসিরা পাখঙ লৈশাবীগী পুন্সি? উরুবা য়েংলুবা কয়া, খন্নরুবা রাখলদুগা থেঙ্গাই-নখিত্নবা চুবা অসি কিস্নুখিগদৌমুক চিকখ্রে।

মেমচাগী হায়রবদু ওইরম্লাল্লে, থোঙ্গাও তপ নপ্প অমা শেৎ, ফুরিৎ মকক্ অমা থুংদ নমদবগুম্ লিৎলন্নবা ঐখোয়না চৎলিবদুগী মাংদ; ঙাশাংন য়োংবগুম্ য়োংলরিবা অদু। মখোয় করি করিনো খন্না ঙাংনবা মরোল শেংফাত্তনা তাবগুম তৌই! স্নুমোদুস্নু মেমচাগী

রাহৈ অহাংবদা হেক হেক মেনশিনবা য়াওবিরি। মখোয়গী মতৌ উবদা কনা লৈজদবা ঐস্থ করিগুম্ব লৈরম্ব থোক্লবদি মখোয়গী অস্থম তৌনা মীমাং পোমাং নাইদনা পঙাঙ ঙাঙনবসি তৌরম্লোই হায়না খল্লী। অদুবু মখোয়গী অসি-অদা পূম্নমক্ ওইজরবস্থ সুংশিবা হায়বসিবু মশক ফজবা, ইনাক্ খুনবা, অমদি লারিক হৈবশিংগীদমক্তরা? কুচু মুবা, মশক্ থিবা লাইরবা অমস্থং লাইরিক লাইশু হৈহৌদ্রবশিং অদুগীদি সুংশিবা লৈহৈদ্রবরা? অয়াম্ব রারী লাইরিক ইবদস্থ মহাক্কী পাত্র পাত্রী অদুতনা পূম্নমক্তগী থোইদোক্ হেন্দোক্ল ফজে হায়নতা মথাগৎলি। স্কুল কলেজ ১দি অতোপ্প মেগাজিন আটিকল কয়া পারুরবস্থ মহাক্ মহাক্কী রারীদুদা য়াওহল্লিবীশিংদুতনা মফজৈ মইবসিম্থ ঐদি ঙক্লি। মরাইবকৃথিদুনা কুচু মুরকপবু মহাক্কী মরল্লা? লোল থোক্তবা নাম্ম শোয়বা মীশিংগীদমক্তদি সংসার অসিদা লৈহৈদ্রবরা হায়না হংনিংলকই। অথোই অহেস্তদা তাওনরিবা মীওইবগী পুন্সিনা অচুম্ব লম্বীদদি মতম খুদিংদ লোৎশিন্দুনতা থয়গা মিনম্ব রাহৈ ১দি লমচত্ত হৈনরি। মশাগী অশোই অর্ন কয়াবু ঈশ্বরদা তাইশিন্দুনা সমাজদা নমথাক্ তৌবা হোৎনরী। পূম্নমক্ অসি খল্লুরগা পুন্সিসিমক্ অঙকৃপানি হায়নীংই। অদুবু ঐনা খল্লুরিবা পূম্নমক্ ঝুলন পূর্নিমাদা গোবিন্দ থুরুম্ব চৎলুবদগী ওইরক্লিবনি। মুম য়োরমদাইদা কনাগুম্ব থরস্থ তুংদ লাকৃপা উই।

---

তরুক্

# অনিগুব পুন্সি

অহিং নোংশোইবা রাখল কয়াদা লুপখিবনা ঐহাক্ তুম্ব হিপ্প য়াখিদে।

নোংঙান্‌বগা হায়দোক্‌প চৎপ, করি করম্ ঙাংনগদবা হায়বসিদা অয়াম্ব মীশিংদি ইরাং লাংলী। ঐহাক্‌স্নু চহীনগা লম্‌য়োশিল্লবা মৃতম্ অসিদা তৌথোক্ ওইথোক্তবা থবক অসিদগী পুক্লিং ইরাং লাংই। মরুপ মপাং কয়াস্নু ঐবু উনবা লাক্ই, কনা অমনস্নু হরাউ মুংঙাইবা রারী রাতায় শারক্ই। মখোয় অয়াম্বগী রাহংদু মমৈ তারক্‌পদদি থুদিংমক্ চপ্ মান্নবা রাহৈ অমদা হেক্ত তারক্ই। মদুগী পাওখুম্ 'তুনি ঐনা পিব রারিবা। মরমদি হৌখিবা অহিংদুনি ময়াম্ব আশা তৌরিবা, অদুগী ওন্নতৈনবদা মহাক্ ঐহাক উনবদি লাইরদুনা মশক্ উগে ফংখিদ্রে। মতাং অসিরাইদনী মীওইবনা অচুম্ব ফনা ঙাংদুনস্নু খাজবা ওন্নদ্রিবা, ঐনা অচুম্ব পাওখুম পীরুরিবা অদুগী মতিক্ ময়াম্ব ঐবু নস্তুবা রাখল অমদা পুবা হেনগৎলক্লি। অহাংব মুংশিত্ত ঐগী হকচাংশি ইতাও তাওদুনা লৈবগুম্ তৌই।

মুংখিল পুং অমগী অতুরাইদদি পাও হায়দোকপা চৎলুবা কাং-বুদগী খঙবা ওন্নরে—লুহোংব তারে। নোংম নিনিগী মনুঙদা লুহোংনবা. কোয়লাং লাংই। অনৌবী ওইগদৌরিবদুনা ফীরুক্ ফীরাং ইখুম্ খুন্নদুনা ঐখোয়গী ইমুঙদা অরায়বা থবক থরা নোম্বগী কাতু কারন চৎপদু হয়িফেৎ উরুবদা ঐগী রাখল ইলাঙ লাংই। কুইনা মঙলুব্রবা মঙ অমা মঙফাওনবগুম্ তৌই! লাংবগী লাংব ঐগী রাখল-থমোয়স্নু পুমন্নাং লাংলি! মরুপ মপাংশিংগী বার্তন, গাড়ীনা কয়া, মীনা কয়া লোইশিনবা য়াবা রাফম অমতা ওইদে। পুম্নমক্ ঈথক্ত তাওবগুম তৌই। লুহোংব নুমিৎ ফাওবগী মরক্কী অহিং অহু তুম্বতদি ময়াখিদ্রে।

য়াখল কয়াদা লুপখিবগা থবক ইনখাং লুপা পৈশাগী অরাং-অপা লাংবগদা ভুম্নীংবগী লাইনা পূন্নমক লাগ্ন চেনশ্রমাল্লে। হায়না হায়না ঙাংন য়েংন লুহোংবগী বর যাত্রা পুংকম ওইরক্লভুনা ঐহাক কীঙৌ ঙাক্তগী কীজোল হোংলে। চন্দন চন্না নীংথিনা থল্লবা ঐগী মায় অসিগী মথক্ত কোক্ত কোকুয়েৎ হাপকৎলে। মথঙ মথঙ বজায় খোঙবনস্থ কন্ন কন্ন খোঙথৎশ্রে, অনৌবা কার্তন ফংননবা মীমাংদ খৌশাবা হৌশ্রে। গাড়ী য়াম্মী য়ামদে মীগী মচিন মেল্লুবা ঙম্ব নত্তে, মহৈ মহৈ পঙাং ঙাংনবা ঐগী নাকোংদ শেংলম শেংফাত্তনা য়ৌরকই। হায়নখিবা গাড়ী মশিং শুই হায় শুদে হায় মতম্ ওইশিল্লরভুনা অভুম লুহোংফমদা চৎপ হৌরে।

লম্বীদা থেংনবা মীশিংন ঐবু য়েংবদা কনা অংনা মমায় থুইরে হায়বা য়াওই। কনানা হমুরে হায়রকই। কনানা লেম্মী ফক্তে হায়রকপশিংভুদি পাল্লভুম মতপ অমতা ওইরবস্থ লাম্নীংলুই, অদুবু লেংব য়াদবা মতাং খোকখিবনা থমোয়দা খঙ্করগা অভুম তোকুই।

লুহোংকম য়ৌরহনা বরগী কাংবুনা বর ফমফম্দা অতৈশিংস্থ ফম্ব য়াবা মফম্দা অয়াম্ব ফম্নবতু ঐ নাক হায়ফেৎ য়েংবদা উবা ফংঙী। মীনা হায়নবা লুহোংবদো ঐগীস্থ করম্ব সুমিত্ত থোক্লগবা হায়ভুনা ঈশ্বরদা ইশিং কৎলকপতু ঙসিসি শোইরোইদোরে। কমদোনা ঐগী মায় মতাশিনা মাগুব ময়াইদা চঙভুনা লুহোংফাল ফম্ব ঙমগ- দোরিবনো হায়বসি ঐহাক্ চহী কয়াগী মমাংদগী চিংনরক্লবনি অদুবু ঙসিদি অঙাংগী লাইথী লুহোংবদা মুখোয়না ওইহন্নীংব মঙংদ শেম্বগুম্ন ঐস্থ মীয়ামগী লাইথী অমা ওইথি। উচিন নাগিন্ন হোংবমক্তি লোইরে। কাংশুবী লান্নবগী মৃতাং অদুদদি ঐস্থ য়া অমা অনিদং ঙাংলসিন্না থল্লকই। অদুবু দৈশাবীশিংভুগী য়াহৈদা মতিক চনা পাওথুম পিবা ঙম্ব ঐগী মরূপ য়াৎলমদে।

লুহোংফমগী থবক পূন্নমক্ লোইরদুনা য়ুমলোমদা হল্লক্লে। ঐখোয়গী য়ুম লোমদসু মীনা পিক্ থম্ন লাংলম্মী। ফিরোল হোংদোক্লগা ঐসু মরুপ্ মপাং ময়াম্ন চা-মুং থক্লিবদু য়াওরুই। লোইরবদা ময়াম্ থিন্দোক্পোইনা চৎথোক্লুরে। মুমিদাং পুং ১১॥ য়োম তাংগ্রে ঐনা য়ুমদা হল্লিল্লকপদা কাংবু থরদি মতম্ অসিফাওবা ঐখোয়গী শুমাংদগী হৌগৎত্রি। চেনা ৫২গী মন্না চেৎপ কমকম্ অমা মখোয়না য়ানরী। পুং ১ তাবদা ঐহাক্ চাবা থকপা লোইরদুনা ঐগী অনৌবা কাদা চঙলুই। ইস! অঙকপনী লুহোংবগী অহিং, মৈঙাম্ন পুমলং লংলবা কা অসিদা অঙৌবা কাঙথম, অঙৌবা মোন্দুম্ মোন্তেক্ অনৌবগী অনৌবা ঙক্লনা কা অসিদা লৈতেংলম্মী। উরুবদা ঐগী য়াখল ঈপোম অসি ঈথক চাওনা চাওনা হৌরকই। মমাংগী মুমিৎ কয়াদগী তুম্নকত্রবনিনা ঐহাক্ ঙসিদি য়াম্ন তুম্নীংলক্লে। ঐহাক্ হোংদোক্লদবা ফিরোল থরা হোংদোক্লগা হিপ্নবা থৌরাং তৌরম্মী। অম্বকাওবা শুমাংদ মী কাংবু থরগী লাংবদি লেপ্তে।

ঐহাক হিপথরে। ইমুঙ মমুংগী মা পূন্নমক হিন্নখরে। অদুবু অনৌবী অদুদি শুকচঙ চঙলক্লে। ঐহাক তুম্নীংবনসু থাংব ঙমশিল্লক্লে! অদুবু মহাক্তদি চঙলক্লগা তুম্নবসু তুমত্রবসু ইমিং অসিনা অমুক্তদি পেম্ন য়েংজখিগে থনবনি চঙলকপা কৌবা মরৈখিদ্রে। মিৎ উইরুম্ উইরুম্ তৌরক্লবা মতাং অম্বদা মহাক য়াম্ন তপ্ন কমুঙগী কা অম্বদা চঙলক্ই। অদুবু মহাক্তি থুম্না ওইরপ্ন অদুম লেপতুনা লৈগ্রে। তুম্নবদি হোৎনদ্রে। ঐনা থাঙবা ঙমত্রদুনা তপ্ন হৌগৎলগা মখুৎ পাইদুনা চিংশিনগে হোনরুবদা হায়রকই— "ঐহাক শোক্লবা য়াদ্রে।" নীংব কায়বগা লোয়ননা অঙৌবা মোনপাকথক্ত ইথম্ত লোংন হায়থখি।

---

## তরেৎ

# নীংখায়রকপদা

মুৰ্ত্তি অসিনা চিংখায়দুনা লৈক্রক্ চৎলকপসি কনানসু ভেংথাদবা ঙম্মোই। মুৰ্ত্তিসিনা শক্তম লেপতুনা ফিরেপ তাখিবা মতম অদুদা খেন্নবা মিৎয়েং কয়াদগী নৈনবা খোঙ্গাং অদুগা থাগৎ ৱাহৈ কয়াগী খোঞ্জেলনা সহর অসি নিলহনখিবনি। অমুক্তসু হেন্ন শিংথাবা য়ারম্-পদবদি করিগুম্ব মুৰ্ত্তি অসি অপিকৃপা সহরসিদা লৈরমদদুনা পৃথিবীগী শিংথানরিবা অচৌবা সহরশিং অমদা লৈজরম্লবদি থোইদোক্ হেদোকৃপা মতিক মগুন্ অদু পৃথিবীগী মীপুম্ খুদিংন খঙনরমগদবনি।

মুৰ্ত্তি অসিবু য়েংশিন্নবগীদমক্ত মফম অসিগী মীপুম খুদিংন কয়ারক্ হায়জগ্রে, ইজগ্রে - লাওজগ্রে। কনানসু মসিগী মরিদা থৌনকনা চোংথোক্লক্তে। মতম অমদা মুৰ্ত্তিসিগীদমক মপূক্সি চুপ্প নীংবকায়দুনা চৎপ্রবা, অৱাফমদা লেনপ্রবা; মখোয়শিংদু হিংলম্লবা নত্রগসু মখোয়দুগী মরোই মনাও খরদং সহরসিগী মচি-ময়াদা লৈরম্লবদি, ঙসি মুৰ্ত্তিসিগী নীংবকায়রবা শককম অসি থোক্লমদবা য়াই।

ইতিহাসনা তাক্লরবা, মালেমসিদগী মুৎখিগদৌরবা; অসিগুম্ব মুৰ্ত্তি অমা লৈরম্মী হায়বকাও নীংশিংনরক্লরোইদবা মতম অসিফাওবদা কনানসু চেক-মোক্ লাওদনা লৈথোক্লি। অদুগা করি করিগুম্ব মতাং মতাংদদি অয়ুক্কী নোংহৌগুম্ নত্রগা হামেং ৱাইনবগুম্ব কয়াবুদি য়াম্ন থরায় লুপশিন্ন য়েংনৱি।

কনাগুম্বনদি মহাক্কী য়েম্বালাবা অঙাংব অদুনা অমুক্তং মঙক্ হায়গৎতুনা খোংলবা নত্রগা য়েম্বাদুমকী তৌঙম্বদু উরগা মুৰ্ত্তি'সিবু লেংহন্দবা ঙমগনি হায়না চোংথোরকৃপা য়াওই। অদুবু মদুগী অর্থ খঙদবা মুপী অঙাংনদি কৈথেল লেপ্পগা দুকান থোঙ লোন্দুনা য়েংলবসু মখোয়না নোংম কৈথেল লেপখিবদুগী মাংজবদুক্ অচৌবা জামিন্দার-

শিংগীদি ময়েং তাহনবা ঙমদে হায়বা খঙজগ্রি। মতুদি লাইরবুনা য়েম্বাগী মপু অন্থুনফাও খঙজদে। মসিমদি অচুম্বনি, মতুদি কুম্মৈ লৈতবা মফমদদি যন রাইনবদম্ব অচৌবা কুম্মৈ ওইনা লৌই; শেন-ফাওবা থানৈ। অঙৌবীগা অঙাংবীগা রাইনবতু অঙৌবীনা লাকচরক্পদা নাকোইননা অমুবী অমদি মো মা পংখোঙ খোঙতুনা চেল্লি। অন্থুগা মরাং-তুরাংব, মরিকপিখোয়দি গোবর্দ্ধন পূজাদা চাকলুক য়াবতনি কাল্লিবা। অসিগুম্ব কুম্মৈশিংসিদগী ঐখোয়গী সহরসিদা লৈরিবা মীশিংন মূর্ত্তি অসিমদি হেক হেক নীংশিংনরক্ই। মসিগী মনুংগী অর্থ অমদি লৈবা তায়। ঐখোয়না খঙবফাওবদি মূর্ত্তি অসিগী পূকৈ চোন্ন-লৈ অদুনা মঙোন্দগী মচাক মরল ফংবতায়। মদুনা কদায়ফাওবা মহৈ য়াল্লরিদপে হায়তুদি কনানম্ব খঙবা ঙমদে—, মঙনি।

মী খরগী থাক্তনবা অমদি লৈ। মখোয়না হায়—থরান হায়বা থা অসি অয়াম্ব মীনা য়াম্ন রানৈ। অসিগুম্ব অরাবা মতম অসিদা পৃথিবী অসি খাংঙম্দ্রগ্গনা সহরসিমক্তদা অকম্ব য়ুহারহায়। য়ুহাহাবা অমদগী শাথিনা হায় হুমতুনা মূর্ত্তি অসি চিংখাম্বরক্পনি। মমৈদা কনাগুম্বনম্ব হায়রক্তনি—সহরসিদা অঙক্পা খৌদোক্ খোক্লকপসি ঙসি ঙরাংতগী নত্তে, লাইগা মীগা শম্নরিঙৈদগীনি; লাইগী লৈপাক্লি। মখোয়না হায়নীংব হায়জরবম্ব ঐখোয়গীদি মূর্ত্তি অসিবু হান্নগী মতৌ-গুম্ন নীংথিনা লৈহনবীবা অসিতনি পামজরিবা।

রাকমসিগা মরি লৈননা হন্দক্ সহরসিগী মীয়াম মরক্তগী মূর্ত্তিসিবু মুংশিবা মশিং ফনয়াম্ন চোংথোক্লক্তুনা কায়রিবা মফম পূম্নমক্ নীংথিনা শেমজনগনি হায়তুনা রাশক রারেপ্লগ্রে তারে। মখোয়তুনা কদায়ফাওবা থবক ওইনা চথবা ঙমগদৌরিবা, য়েংলবদি উগনি।

সহরসিবু ঙাকশেল্লিবা, মীয়ামগী লাইবক লেপ্পিরিবা কোল কার-খানা, বিজলী অমহুং ঈশিং মুংশিৎ পূম্নমক্ চপ মান্নমা মূর্ত্তি অসিবু শৌগৎলবা, য়েংশিনবিরবদি। মিকুপ অতুদা কুপ্লক্পা নোংথাং অদুনা

জগৎশিনথুংনা ঙালহনগনি, মূর্ত্তিসিবু মশেক্ মঙালগা লোয়ননা নীংথি-জহনগনি। মহুদি নত্তনা চয়েংনবগী ইশৌলাংবনদি থবকলোমদা মহৈ য়ানবা ওইরম্লোই। থাগী লৈমায়দা চৎলুরবা মতম অসিদা হাযেং যন রাইনববু নত্রগা য়েম্বা—শুম্নু কাওনববু অফবা অয়েম্ব শিংথানবসি সহরসিদা ভোকৃপনা চূমলে।

অসি হায়দুনা কিম্বররুবা মূর্ত্তি অদু য়েংলগা মূর্ত্তি সুংশিজবা সুপাদুনা চোইরোল কয়ামুক্ লোনখি। অদুবু মহাক্ল পামজবা মূর্ত্তিদি করি ওইরিগদবা মহাক থঙখিদ্রে। মহাকপু রায়েনশঙগী মীশিংনা কৈশুমশঙদা থম্নবা ফাজিনদ্রে। সুপাদুগী তেংথা-নাওইবা খোঞ্জেল-শিংদু রায়েনশঙগী মীশিংনা তাহৌমাল্লে। মহাকপু রায়েনশঙ তান্না পুরকপদা লম্বীদা মাগী চান্নবা মরুপ অমনা উরদুনা হংই—"কৈদোরে তৌরিবদো ?"

—"তেংথাবা ফাওবা নীংতম্ন তেংথাজবা য়াদ্রে।"
মহাক্ল য়াম্ন থমোয়শোক্ল খুম্নকৃই। মখাদি অমুক তারকখিদ্রে।

---

নিপান

# তাবিরিব্রা ?

"মণিপুরদা ষ্টেটহুড,—পিগদবনী ।" লাউরি কাংজৈবুংগী মচিল্লা পাউনা বাঙ্গারগী লম্বীদা অদুগা থাঙ্গাল বাজাররোমদগী হায়থরকপা মী কাংবু কাংবু থরম্ব।

কক্‌চিংলোমদগী হায়গংলকপা মীয়াম তোংব গাড়ী মসুঙদগী —"মণিপুরগী দাবী ষ্টেটহুড, মনিপুরদা ষ্টেটহুড পিগদবনী।" রাহে খরগী খোঞ্জেল অসি অচেনব গাড়ীগা ইরোয়ননা চৎথ্রি। মোইরাং, শেকমাই, লমশাং, নম্বোল অদুদগী শগোল্‌মাং পুখাউ, লমলাই উখ্রুল-লোমদগী লাক্‌পা গাড়ীশিংদস্থ মচু মচুগী ফিরাল থেৎলি। তোংলিবা মীপুম খুদিংমক্কস্থ মথক্কী খোল্লাও অসি লাওরকই। গাড়ীশিং অদু কাংজৈবুং মরাদা পরেং নাইনা থারী, লোয়ননা তোংলকপা মীয়াম-শিংস্থ গাড়ীদগী কুমথনরক্লি।

থৌওং অদু তুমিন্ন লেপ্পুনা য়েংলিঙৈদ "পূক্রুপ পূক্রুপ" ইনাক্ত মুঙভুম্ কয়ামুক য়োরকই। "ইমায়পেম্ম, শিররনী। ওঃ শিরে শিরে! পাল্লরনি লেপ্লিবা মুপাসে।" "চেনথ্রে, সোমদা চেনথ্রে।" রাহে খুদিংমক্ মিকুপ অমগী মসুংদ মথং মথং শম্মদুনা নাকোংদ য়োরকই। লোইনমা ভাংশং ভাংবা ঈতনা মকোক্-মমায় মকম খঙদবখে ঈহং নাইহং শারবা পাখঙ মচা অমা ইনাক্ নরু চেনখি। মহাক্ গাড়ী ময়াম থারিবদুগী মরক ফাউদুনা চেনখ্রে। মাগী মতুংদ লংত্রিক লংব থাং পায়বা পাখঙ মগা অমগা অতোপ্প মুঙভুম পায়বা পাখঙ থরগা তান্নরকই। মখোয় মরক্তুগী অমস্থ শাথিনা শোকপা উই। মখোয়বু লম্বী চৎপ অদুগা মফমদরাইদা লৈবা মীয়াম্ম ভরু য়েংনৈ। রাদি ভাংনদে, অদুম্ চৎনাখ; ঐস্থ চৎলি।

খরা চৎলগা দুকান্ কারক্লে পোপ্ পোপ্ লাওবা খোঙ্গেল অমুক্ তারে। খোঙ্গেলদুগী মাইক্কে লাক্কুনা য়েংথোক্লুই। পাখঙ মচা চহী ২০ লোমগী লেগী অমথক মনাতোলদগী ঈ অর-র-র হাথরদুনা চেম্থোক্লকই। অদুম চেনগ্রে। হন্দক্লীসিমদি তান্নবা য়াওদ্রে। অদুবু খাক্লী মচুগী ফিজোল শেৎপ নুপা অনি অহুম্ রাথোক্লী মরি মখোং থিবা চঙশিনখি। লম্বী চৎপ মীয়ামদি মরম থোইনা খঙনীংউদ-মাল্লে, ঙহাক লকক্ তৌরম্নগা চৎখি। লম্বী চৎন চৎন তুংলোমদগী রাহৈ খরা তাবা ফংই। মখোয়গী লোল অদু মরোল শুদে। টিকেট লৌবদা মী য়াম্মন্দুনা ইন্নবনি হায়রিব্রা, নত্রগা টিকেট অদুগা মখোয়গা ইন্নরিব্রা, চপ চাবা অচুম্ব খঙদে। ফ্রেণ্ডস টকিজ য়ৌশিল্লকপদা মীনা কুক্ কুক্ ইন্নখিদুনা লম্বীদা চৎপ য়াদে। লম্বীগী চিদায় ওইরপ্প মহৌশা উরমদবা মওংগী অনৌবা ( ভি ) বিলাই অপাকপ নপ্প পুলিস খরদি মখুত্ত পিচৈ মত্তেক পায়দুনা লেপ্লী। লম্বী অসিদা মীদা নত্তনা সাইকল, রিক্সা অদুগা কার-জিপ্পচিংব অচৌবা গাড়ীশিংসু য়াওরিবনি। চৎপ য়াদ্রদুনা হাজামগী শমককৃফমদা চঙশিল্লে। ফনবু তান চারুরে। শম্ কক্লিংদুনা লৈবা কুইরবনী। "শম অসি খিৎ শাংমনগ্রে, খরা ককৃথোকপিরবদি কগদবনি।" হায়দুনা ইমুং মনুংগী মীনা হায়খিবা ঐ নোংম নিনিগী মম্যাংদ তাগ্রবনি। অদুবু মতমদুদা ঐগী পাউখুম অমতা পিখিদে। মরমদি য়ুমগী মীশিংন হৌজিক চাওখৎলে হায়রিবা আমেরিকা, বৃটেনচিংবদা মশম কক্তবা মী ( হিপিজ হায়ব্রা করিনো ) কাংবু কয়া লৈ হায়রবসে খঙদদুনা ঐগী শম মহৌশাদগী খরদং শাংবসিদা হায়রীবনী নীঙখি। তৌববুদি আমেরিকাগী শমথাকপশিংগী মতৌতম্ব কাংলুপ ঐখোয়শাইদসু য়াম্ন লৈরক্লে। মসিসু অঙাওবা মখল অমনি। মীসে মখল কয়াগী লায়না লৈবগুম ঙাওবরোমদসু শমদা ঙাওবা, কোইদা ঙাওবা, ফুরিত্ত ঙাওবা খোংগ্রাওদা ঙাত্তবা অদুদগী পেল্লক্লদুনা খোঙউপ-আনোকফাওবদসু চপ্খরক্লি। মশিনী চাউখৎলকপগী লায়না হায়বদো।

শম্ কক্লে, লোইরদুনা মায় অসি মিংশেনলোমদা ওনশিল্লগা কমদৌরিবগে য়েংলুই। অদুগা শমজেৎ অমনা অমুক্তং শম অসি হাৎকে নীংলুই। শমজেৎ লোগে য়েংলুবদা শমজেৎ অদু অতোপ্প খুৎ-চাউ অমা লামশিল্লক্কুনা লৌগ্রে। ঐনা হন্ন য়েংথোকখিবদা ঙসাই ঐগী ইনাক নক্ল চেনখিবা পাখঙ অদু ওইরম্লে। মরাইবক অদুগা অতৈ মৃকম খরদা ফি মচেৎন কিশি কিরি। ফি মচেৎশিংদুগী অয়াম্ব শরুক্তি ঈ-তৈরি। অত্তবু মহাক করিস্সু নীংঙায়দনা হাজামগী থগ্লিবা থাউ হৈদুনা মশমদা তৈশিল্লি, পাউদর থাজিল্লি। মথং মথং মানা তৌগে নীংব থবক খুদীংমক লেপ্তুনা চথরক্লি। কেবা য়াবমখে কেরে। মতুংদ মাগী নীংগী খোংগ্রাও খাওদগী চুরুপ্ মচৈ অমা লৌথোক্লক্লগা চমগদবগী মৈখেৎ কোইথি থিরক্লে। পম্বরমদনা হাজামগা থংনবা পান দুকান অহুদগী মৈখেৎ উপু অমা লৌরগা চুরুপ অদু চমগ্রে অদুগা হোই-মায় হায়রমদনা অত্তম চৎখে্। মহাক চৎখ্রবদা ঐনা— "মশক খঙনব্রা?" হাজামদা হংই। —"খঙবা খঙদবা মখোয়গীদি অসিঙাক্তনী।" হাজাম্ন খুল্লকই।

হাজামদগী থোক্লকপদা লম্বী অদু হান্নগুম অত্তম চিল্লম্মী। অদুবু হন্দক্কি মীশিং অসিদি কাংজৈবুংদ ঙসাই তিলহৌবা ময়ামদুনি। হন্দক্তি মখোয় মখুত্ত প্লেকার্ড পায়দুনা চৎলরে। অমনা লাউরি— "মণিপুরদা স্টেটহুদ," মীয়াম্না খুম্মী "পিগদবনী।" মখা তাবা ন্নাহৈশিংদুদি সরকারগী অচিৎ-অকোম য়েংশিল্লিবা কাংবুগী নোটবুক্ত ময়েক শেংন ইরমগনী।

অন্নাংলোমদা হায়গৎখিবদা সাদারজিখোয়, মোহনলাল-চুনিলাল ১স্থং মখোয়গী মরি মতাগী দুকান পৃন্নমক থোঙ লোম্নরম্লে। করিগীনো হংবদা – "দুকান থোঙ্ লোল্লু, হরটাল তৌ হায়রম্মী" হায়। কনা-ননো হায়বদি খঙদে। হরটাল তৌবনা কাম্নরিবা অসিবু কদায়দনো? অচৌবা দুকানদারশিং অসিগীদি ৫/১০ নি থোঙ হাংদ্রবস্থ ময়েং তাবিরোই অদুবু ইন্সাং নাপী খরা খরা য়োঞ্জদুনা নোংম নোংমগী চরা তাঞ্জরিবী

ইমা-ইন্দোলশিংগী অৱাবসিদি কনানা কুপথৎপিরিবা ? পংজৱবী মুপীশিং অসিগী পোল্লক্ত অঙাওবা অঙাং খরনা বোমবুলা পৈশা ৫০ পিবা অমা অনি থাৱগা কৈথেল থুগায়রিবা, পোৎফম ফন্বী ইমা ইন্দোল পুন্নমক্না মপোৎ মফম খঙদনা হুন্দোক্লম্লগা কায়হনা চেন্নরিবসি ফৱীত্রা ? ৱাহং কয়া থোক্লকই। কনাহ্ন খুন্বীরক্তে। মীয়াম লাংলিবা পোৎলক অদোমদা ৱেক্রি খোং খোংহনা পুলিশ খরা চেনশিনখি।

মাং জিন—
২৭ | ৪ | ৭০ ইং

---

# মাপল

# ঙসিদি লাক্লে

—"তারিবরো ?"

—"করিনো ?"

—"ফম্বদগী হৌগৎপসি মরৈত্রেনে ?"

হন্দক্তি পাউখুম্ পিবগী মহুত্তা হান্নগী ফিভম্‌দগী খরা হেন্ন চেক্-শিন্‌বা হেঙ্গিন্‌খ্রে। ফম্লিবা মফম্ অতুদগী শুক্লেং লেংদনা লৈখ্রে। লৈমনা হংজারিবা রাফম্ অদুদা করিমতা পুক্লিং চংবিদে। মদুগী মলন্তু মশাগী রাখল্ খন্‌বদা অপন্‌বা পিরৈ হায়বগী অশাউবা মিৎফম্‌দা মনতোন চাউথোক্লকই !

মপুরোয়বনা খওইনা তাবিদবদু উরগা লৈমনা অমুক্‌সু মথা তাথ-রকই— "চে খরগা কলম্ অমগা মুমিৎ চুপ্পগী, করিবু কান্নরিবগে ? চারাদি নোংম নোংমগী মশীং থীবা ঙম্‌শিল্লক্তে হেল্লক্লিব। করম্ তৌসি হায়রিবনো ? ঐসু শীন্‌ফম্ খঙজদ্রে। নোংম ফাদোক্তনি হায়রবদি কদায়নো ঐখোয়সু নোম্‌কৈনা। চহী, থা, মুমিৎ মশীং খঙলক্তে। ঐসু পূবা ঙম্‌লক্তে ”

লৈমদু চান্নন। শাউরে, মমায় মমিৎ পূম্‌ঙাঙ্ ঙাঙ্‌খ্রে। মহাক্না খম্মোয়দা মতম্ কুইনা ওম্‌দুনা লৈরক্লবা লাইমন্ অদু মথং মথং কাং-থোক্লক্লে। অদুবু লৈমনা খম্মোয় ফুক্তনা লংথোক্লক্লবসু লেঙ্‌বিগদবা মীতাদি নত্তে ফম্লিবদো। ঙসি ঙরাংত থেংনবা থৌদোক্ নত্তে, লৈমনা শম্ লৈশারিঙৈদগী ঙসি ফাওব লৈমিন্নরকপদা লোয়নরক্লবা মশাগী নেশানি। লাইরিক্ ইবদা চাব, তুম্ব, থবক্ ইখাং অমত্তা নীংশিংখিদ্রবা মীশক্নি। লৈমগী রাহৈশিংদু খরসু তাবগুম অদুগা খরনা তাখিদবগুম্ তৌই। মহাক্ খৌরী চরম্‌দা মতেক্ ওইনা হৌরক্পা মশা নানবা লোক্ পাখং অমখক্ থাদোক্লমলগা চীংলেন্ন অঙম্ ফমলী। লৈমনা ইরাং হেক্ হেক্ হৌরকপদা মহাক্না কলম্‌দু

ঙহাক্ ঙহাক্ পোত্থাবা ফংজে। হৌজিকস্তু পুক্লোপ্তা তিক্রি হংলিংবনীনা কলম্গী মুংঙাইবী থেংলে। ফনা কুইনা পোত্থারে।

ইবা লেপ্লে হ য়ত্তুনা ফম্ফমদগী হৌগংলক্পগী ঝাফমদি নত্তে, লৈমনা ঙাঙ্বা হেক্ তোক্খিবদা অমুক্ হেক্ত ইপদৌরিবনি। অদুনা মানা ঙাঙ্নিঙ্মখৈ ঙাঙ্জরবস্তু ঝারগা মথন্ত তোক্চখিগনি হায়বগী মওংদ করিগু থৌশাদনা লৈথোক্ই।

মপাম্দা লৈজরিবৈ, নহা ওইরিবৈ, য়ুম্ পান্দ্রিবৈদদি লাইরিক্ ইবা—লাইরিক্ লেংবকা হায়বসি য়াম্ন অফবনি হায়না খঞ্জরম্ব লৈমনি। অদুবু হৌজিক্তি লাইরিক্ ইবা মীনীবু হায়গবদি হু তরেৎ তিন্বমুক থারে। মরমদি মহাক্না মপুরোইবগুম্ব লাইরিক্ ইবা খুদিংমক্ তৌরম্গদবোই নীংলুবদগী। খল্লু খল্লুরগা লৈমদো মপুক্লীং য়াম্ন মুংঙাইরক্তে। মহাক্পু থওইবিদবা তশেংলবা, অদু ওইরবদি নহান্না মপাম্দা চৎখিরম্বস্তু য়ারিবনি। অদুমক্স্তু তঙ্তানা খঙ্দবগুম্ তৌ, মুপী মুপা ওইনা য়ুম্ পানমিন্নবগী মুংশিনকা থৌরী অমনদি চেৎন লাক্শিন্খিবা অদুদা মশাগী পাঙ্গল ফুদোক্পদি ইঙম্ ঙম্দে। অদুগা নোংম নোংমগী ইমুং মমুংগী অন্নাং-অপা খল্লুবদ খংপ্রেক্ খংন ঝারদুনা হায়জরুবা থুদীংমক্ থওইনা তাবিরক্ত্রবদুদদি উপায় লৈত্রদুনা থোংজিন্দ ঙাথরগা তুমিন্ন লেপ্তুনা লৈব্রে।

লৈমদা কনাগুম্ব লৈকায়গী মনম্ম—মচেশিংন নোং-ফাদোক্ হায়রক্খি— "লৈমখোয়দি মরাইবক্ ফবনিনা কবি অমদা থোক্লেদো, লৈবাক্ শকুখঙ্ মাইখঙ্বা। ইবেম্মা! ইচেখোয়দি শিবিদবা মীমুখাঙ্, য়ু খরুঙ্ অমদ থোক্লদুনা পুন্সি অসে কেম্নবনে—কেম্নবা।" খুদক্ অদুদদি লৈমদো মোমোন নোক্লদুনা হায়রক্ই— "কদায়দগী-নোদা ইচে।" অদুম্ মতোক্খী। অদুগা মপুক্লীংদদি খল্লি— "কদায়দগী মখোয়না হায়জশান্নিবসে মশাদা থোক্তদুনা তৌরিবনি। ইফি নীংথি মুংঙাইবা অমতা ইমান্নবগা মীমান্নবা শেৎচবা ফংব নত্তে। লিক্

অসিমতং লৈ অসিমতং ঐগীনি হায়দুনা তঙ্তানা লৈজবা ফংদ্রে। খরা লৈর সরকারনা মতেং পিরক্লগা হন্দোকপিনি হায়। খরনা লাইরিক য়োল্লগা শিংবীনি হায়। ইপোৎ অমতবু ইশাগা লোইনজবা ফংদ্রে। মীগী মখুত্ত বন্ধব থম্বা নত্তুনা। অসিবু করি মুংঙাইবনো? লাইরিক ইরিবনি হায়দুনা ইমুংগী কান্নগদবা থবক্তদি মোরোক পাম্বী অমা, মথোই মকা অমা ফাওব পৎ থৎনিংঙায় লৈশিল্লকৃত্রে। অসিবু লাইবক্ ফৈ হায়খিরী, করিদা ফরিবনো?"

নোংমস্থু পুথ্রি'পান্দ চেংহী লুমিন্নখিবী শিক্তনা কপ্পি হায়খি' মহাক্ক হায়খিববু— "নহোয়' ইবুংঙোদি হন্দক চহীগী লাইরিক ইবা পুন্নমক্কী মকোক ওইয়ে; মনা ফংলে হায় কপ্পি মনাবু ওইরম্বগে?—" অসিনি। "মত্তুদা ফংখ মনাত্তুবু কপ্পি য়েংন্তুনা কল্লক্লপ্পিবা। চে মচেৎ অমগা কপ্পি করিনো অঙাং মঙক্ত শিব য়াথস্থু নত্তবা খয়া লোইন-রকতুবো। কায়দুনা চ'বা য়াবস্থু নত্তবা লুপা ময়েকমুক্ চাওবা মচেৎ অত্তুনা কপ্পি তৌনগদৌপ্পিবা? মী হায়বসে মশাদা থোক্তুনা থঙ্ত্রবনে? করিশু কান্নদবা। করি লৈতবা চেজেৎ খরদা পঙ্ই ইশিল্লগা অমনা অমা হায়, অমনা অমা পা'শিন; চঙ্না শিরবা মী অসিবু তশেংব লাইপোক্ ওইহল্লে। মথোয়নুদি হাঃ কবিনা হাঃ অদুনি অদানি হায়রি— ঐঙোন্দদি করিস্থু কান্নদে ইথৌ হাপ্পিব নত্তুনা।"

লৈমহু খনবমখৈ খল্লুরগা মপুরোইবদা অমুক্ ওনশিল্লক্লে। হায়-রক্ই— "চান্বদি নোংম নোংমগী ঈশিং ঈচাওনা হেনগৎলক্পগুম্ তাংখৎলক্লি। হৌজিক্ লাইরিক্ ইবনবু কপ্পি কান্নরিবনো? ছাপা-খানাগী শেন শাগৎনবা অদুগা লাইরিক্ য়োন্‌বা দুকান্ মপুনা লৌরি য়ুম্ফম্ লেপখৎনবা নত্রাও? লাইরিক্ ইবা কয়াবু মরো মশিং লেপ্প য়াওরবগে? মরল্ মথুম্ কায়বা নত্তুনা। শেন্ খরা ফংলক্‌ই, সরকারদগী ফংলক্ই শেন্দোন্ শিংবমক্ত কোন্নদে। কোন্‌বু কোন্নরিত্রাও? কান্নবা থবক তৌন্নুনা য়ুমগী লৈত লাইরদি খনবিদ্রে। হাঃ হয়েংদি সভা

কম্ব চৎকনি কী শুদোকউ। অদুদগী মিটিং লৈ ঙসিদি। হাঃ অদুনা কৌরী, অদানা হায়রী হায়বসিমক্তদা ইপুম থিৎলে ঐগীদি। মুপীনি, ঙমলীমখৈদি হোৎনরমগে খন্দুনা অরাবসি খাঙলক্পনি। ঙসিদ ওক্লে। পেপ্পরে।" অসি হায়রম্লগা লৈমডু মহাক্কী কারোম্দা চঙ্খ্রে।

লৈমগী মহৌশাদগী লোইনরবা মচিং মশোন নাইবা হায়গদ্রা করিনো অমা লৈ। ঙাঙবা হৌর্রবদি লোইবা লৈতবা মথং মথং হেক্ত শমথরকপা। ঙাঙদ্রগসু থা অমা অনি রাহৈ অমত্তা হায়দনা মানা থোকপা অদুম মরৈবা মীতানি। অদুবু ঙসিদি রায়াম ঙাঙবগী মুংশিৎ অদু থেংনরবসিদা লাইরিক ইবা কবিদু মহৌশাগী খঙনবা অমদি লৈবতায়, তুমিন্ন লৈবতনা অফবনি হায়না খনখ্রে; করিমতা খুম্-লাকখিদ্রে। মরমদি লৈমসু মরক ময়াদা ঙাঙবিবা মুপীদি নত্তে, অদুগা অচুম্ব রাফম্দা ময়াঙদগী য়াম্থররক্লিবনিনা খুম্লুবদা লেমনীঙাই নত্তে হায়বা মশানা খঙজৈ পুন্নমক্কী মথক্তা অনি অসিনা যুম পুন্দুনা লৈমিন্নরকপদা অমনা অমগী মতিঙ, মথোনা মরিংজেল মমুং-তানা খঙনরক্ই। অদুনা অমনবু শাওববদি অমনা হক্ হক্ নেম্-থবসি মশানা চৎনরক্ই।

খুমগদবা মুপাদুনা মখুমদ্রবা অদুদা লৈমডু'হৈন্ন হেন্ন শাওগংলুরগা মথন্ত ইকাইজরক্লে। মরাইবক্ত খুত্তুম্ন শুরদুনা ইমুঙগী কাদগী থংনবা কারোমদা অমুক থোক্লক্লে। লেমহৌরিবা পুন্সি মখাক্ অসি করম্ন লেনগদগে হায়দুনা মশা মথন্তদা তাইনজরক্লে। তাইনকম ফংদ্রবদা মশম্ মনা ইফা কারদুনা মমিত্তা পীগী ইরা চেন্থরক্লে। নীংঙম্দবগী চৈনাখোন্দ তুকথরক্লবা মশা অদু পুরদুনা চাক্শ লোম্দা চংগদবগী অমুক্ লৈশিন্খ্রে। মচিন্দদি থম্মোয়মু'দগী থোক্লকপা লাকঙম্ ফাঙম্-দ্রবা শর অদুনা মৈরীগী মতৌগুম্ কী-কী কাম্লী। হায়রকই— "ঐগী মরৈ পরেংদু ঙসিমক হন্দোকপিরু। চাক্ চাদ্রবসু ঈশিং থক্লগা কম্দুনা নীংতম্না ইবিহৌ লাইরিক্তো। ইপোক্ত পুরগা ইমুংদা চৎচখিগে।

ঐবু ইমা ইপা, ইবুং ইপুরা লৈজদ্রবা ; পিতৎ পাতৎপস্থু নত্তনা করিগী অশুক্ তোম্ন হিংজরুদগে। চৎচখিগনি চৎচখিগনি, হায়গদবা হায়বিরো।"

লৈমদো চান্নরা কপলক্লে। মহাক্কী মচিন্দগী ব্রাহৈশিংত্থু মৈবুনগুম্ন মরৈ মরৈ তারদুনা শাফু কন্ন থাইশিল্লক্লগা কবিগী হকচাং কয়াৎ শিন থুংন চাক্থেক্লরে। খুদক্তুদা ফমলম্বদগী হোৗগৎখরে। মশা অদু অমুক্তুং লৈজবা থাত্রনা তিঙলী য়াঙলিলুরগা মায়থোঙদু মোমোন্ নোক্লুদুনা লৈমরোমদা মুংশিনা য়েংলগা হায়রকই – "হোয়, নঙনা হায়গুম্বদনা ব্রানোমদ্রবদি য়ারক্ত্রবা মতম্ন অসিদা মহৌশাগীশিনদি চৎনবা য়া'রোইদৌরে। তম্নবা লাইরিক্ খরদুম্ ইরগা শেন্ তানবা নত্তনদি নঙগী খদাং মখা থাদুনা তোকপা তাখ্রে। নত্রগা য়োৎপাক পায়বা ইখোল কোইবা। মদুদা নঙস্থু বা'লটি অমা পায়রগা ইনশাং নাপী ঈশিং চাইবা। কোঃ য়ারেদনা ? হোৗগৎলে হোৗগৎলে, ঐ হোৗগৎলে।" অনিমক তুমিন তুমিন লৈনখরে। অদুগা অমনা অমবু মুন্ন মুন্ন য়েংনরকই।

অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু হৌজিক্তি কালেন থানী' অদুগা মুংশাগী মৈশানস্থু য়াম্ন য়াকখৎলকপা মুঙথিলগী মতমসিদা মৌ নহা অয়াম্ব কাংবু কাংবু নাইনা ফম্নরদুনা মৈশা খাংন খাংন পোথানবীবা মতম্নী। মতম অসিমক্তদা ব্রারী মতাং মতাং খুদিঙদা মৌ নহাশিংত্থ মকা লাম্ন লাম্ন হোন হোন নোক'মিন্নরকই। মখোয়দু কনা কনানো হায়বত্রদি মশক অমতস্থু খংলমদে। তৌবমক্তি মীকুপ খুদিংগী ওইনা নোক্লিব, য়াম্ন মকা লাম্বী মীনোকসি মখোয়নিগী চহী ১০০ না শাবা পুন্সিসিগী ওইনা য়েংলুবদস্থু ওস্থোক্ল তাংগ্রবা পোৎশক নত্রগা পুন্সিগী লন অদুনি। অস্থুক তাঙবা পোৎশকসিবু অশুক হোঙনা শিজিন্নরিবা লল্লৈবী মৌনহাশিংসি কনা কনানো হায়বা মশক খঙলুদবনা ফৈ।

**লোইরবা**